# কবিতা নিকুঞ্জ



রাজকুমার ঝালাজিৎ সিংহ

**KAVITA NIKUNJA**
**A bower of poems of**
**R.K. Jhalajit Singh**



ইহ[illegible] হানবা ফোঙবা এপ্রিল ১৯৯৬
শজিবু ১৯১৯ শকাব্দ

প্রতিলিপি মশীং ৫০০

আইরিক্কী মহৎ, পুন্নমক : রাঃ কুঃ ঝলজিৎ সিংহ
প্রকাশক : রাঃ কুঃ ঝলজিৎ সিংহ
মখুম য়েকপা : অরিবম্ চিত্রেশ্বর শর্ম্মা

মমল : লুপা ৪৫

ছাপা তৌভম্ : জেঃ এমঃ প্রিন্টিং ৱার্কস,
ৱাইস্কুল জন্মস্থান, ইম্ফাল—৭৯৫০০১

# ভূমিকা

ঐ মুপামচা ওইরিবৈদগী কবিতা ইজরকই। ঐগী ইহান হান্না ফোঙ্‌ঘিবা কবিতাদি 'অশিবা' কৌই। ঐনা চহি ১৬ শুরকপদা জোনষ্টোন স্কুলগী মেগাজিন্দা ১৯৪০ ইংদা ফোঙ্‌বনি। প্রতিলিপি লান্দা মাঙ্‌ঘবে। মেগাজিন মছাসু থিবা ফংগনি নিংদ্রে। ঐগী অনিশুবা ফোঙ্‌ঘিবী কবিতাদি 'কবিতা নিকুঞ্জ'দা য়াওরিবী 'অমুক' নি। 'নল-দময়ন্তী' কৌবা পীবথ্রবা নাটক অমা ঐনা ক্লাস এইট তম্লিবৈদা ইজে। মতু ১৯৪১ দা মেগী অতুরাইদা জোনষ্টোন স্কুল মেগাজিন্দা মকোক্কী দৃশ্য খরা ফোঙ্‌ঘি। অহানবা অঙ্কদা দৃশ্য অমদা দময়ন্তীগা মহাক্কী সখীশিংগা লৈকোন্দা ঈশৈ অমা শকই। মতু ঐনা অয়ুক হায়না কোলোই থোল্লগা 'কবিতা নিকুঞ্জ'দা হাপচরি। 'শরদ্‌কী কোকিলদা' হায়বী কবিতা অসি লান মনুংদা ঐনা তরুণ কুটীরদা লৈরিবৈদা ১৯৪৪ গী শরদ্‌তা ইজবনি—মুমিতুগী অয়ুক্তা শরদ্‌কী কোকিলনা পামেলগী ফৈরাদা খোংবা তাকবদগী। কবিতা অসি ১৯৪৫ দা 'নহারোল' মেগাজিন্দা ফোঙ্‌দ্রে। বসন্তগী লৈরাং অমদা হায়বসি ক্লাস টেন তম্লিবৈদা ইবনি।

স্বর্গীয় তাদা কৈশাম কুঞ্জবিহারীনা সম্পাদন তৌবা ঙসি কৌবা মেগাজিন অমা লৈরম্মি। মতুদা ঐগী কবিতা য়াম্না তোয়না ফোঙ্‌ঘি। ঙসিদগী চহি ৫১ রোমগী মমাঙ্‌গী রানি। কবিতাশিং অতু খজিক খজিক্তং শেমদোক্লগা লাইরিক অসিদা হাপচরি। ঙসি মেগাজিন অসি মমৈদা দৈনিক ওনঘি। মতুদসু 'কমলগীদমক তেংথাবা' কৌবা কবিতাসি ফোংঘি। হাইফেং হাইফেত্তং শেমদোক্লগা মসিমু লাইরিক অসিদা হাপচরি।

ঐগী লুহোংবদা চিত্রেবীরেন্দ্রোম্বী চান্দ খোর্জেন্দ্রপনা 'খুদোল' হায়না কোলোইবা কবিতাগী লাইরিক অমা ফোঙ্‌বিতুনা ঐঙোন্দা উপহার ওইনা পীবিঘি। ১৯৫৩ ইংদনি। লাইরিক অতুদা ঐগী কবিতা মরিখকসু য়াওই। মরি অতুগী মনুংদা 'অমর কবিতা' অমদি 'লমহেনবা ফাদোক' তি লাইরিক কয়াদা হুন্না হন্না ফোঙ্‌হুনা লৈরাক্লা শক খঙ্‌বিরে। কবিতা অনি হায়বদি—'কল্পনা' অমদি 'নাম্বোগ্‌লবা বন্দী'দি অমুক হন্না ফোঙ্‌বগী খুদোংচাবা ফঙ্‌ঙিদে। মরম অসিদগী

কবিতা অনি অসি 'কবিতা নিকুঞ্জদা' শেমদোক শেমজিন তৌরুদনা ফোঙ্জরি।

কবি সম্মেলনশিংদা ঐ তোয়না য়াওজে। সম্মেলনশিং অসিদা পাঘিবী অমদি মেগাজিনশিংদা ইচোই চোইনা তাপ্রবী ঐহাক্কী কবিতা অয়াম্বা খোমজিন্দুনা লাইরিক অসিদা হাপচরি।

'কবিতা নিকুঞ্জ'দা য়াওরিবী কবিতাশিংগী মন্নুংদা 'শরদ্‌কী কোকিলদা' 'কল্পনা' অমদি 'নাম্থোগ্‌লবা বন্দী' হায়বী কবিতা অহুমস্‌িদং লাইরিক ওইনা ফোঙ্‌বদা য়াওগ্রে। অতৈদি লাইরিক ওইনা ফোঙ্‌-দ্রিবা ঙাক্তনি।

ঐগী কবিতা ইচাই চাইনা লৈবসি উবদা লৈবাক্তা প্রসিদ্ধ ওইরবা মরূপ মপাংশিংনা ঐবু কবিতাগী লাইরিক অমত্তদি ফোংউ হায়দুনা তাকপি। ঐগী ফনবা থনবিবা মরূপ মপাংশিং অসিগী লমন তোল্লবনি। মখোইগী উপদেশ মতুংইন্না লাইরিক অসি হন্দক ফোঙ্জরিবা অসিনি।

শ্রী অরিবম চিত্রেশ্বর শর্ম্মা সাহিত্য একাদমী এরাৰ্ডীনা লাইরিক্কী মখুম য়েকপিদুনা লাইরিক্কী ফজবা হেঙ্গৎহল্লি। ঐনা হায়জরুবদা হরাউনা য়াবি অমদি মতম খজিক্তগী মন্নুংদা ফজনা য়েকপিরকই। মসিগীদমক তৌবিমল খঙ্‌বা উচ্চরি।

জেঃ এমঃ প্রিন্টিং ৱার্কসনা থরায় য়াম্না য়াওবী। মসিমক্তনা মরম ওইদুনা লাইরিক অসি অতেনবা মতমগী মন্নুংদা বানান লান্দনা পুথোকপা ঙমজবনি।

সংস্কৃত ভম্বগী খুদোংচাবা ফংবিহৌদ্রবা পাঠকশিংগী মতেং ওইনবা শব্দাবলী অমা লাইরিক্কী মমৈদা হাপচরি। কবিতাশিংগী অহৌবা পঙ্‌ক্তিশিংগী তর্জ্জনীসু লাইরিক্কী মমৈদা হাপচরি। 'শ্রীগোবিন্দ নিরূপণ' কৌবা খণ্ডকাব্য অমত্তং ইজরি। মতুদগী লৌথোক্তুনা কবিতা তরুক্তং 'কবিতা নিকুঞ্জ'দা হাপচরি।

য়াইস্কুল হিরুহনবা লৈকাই,
ইম্ফাল ৭৯৫০০১
১৩ শজীবু ১৯১৯ শকাব্দ

রাজকুমার ঝলজিৎ সিংহ

# সূচী পত্র

---

# বন্দনা

শকউ হে দেবি ভারতি !

নংগী মুংশিবা বীণাদা ঙসি

শকখিদ্রিবা ঈশৈ অমা

সুরদা অমুক্তা তাখিদ্রিবা !

কৌজগে নংবু ঐহাক্না

ভারতী হায়রুনা অহানবদা ;

মথংদনা সরস্বতী

হে সারদে ! হে হংসবাহিনি !

খোংলিবী মুংশিবা বীণা !

পায়রি অনিনা খুং, লাইরিক মালা ;

অগরু চন্দনগী বিন্দু বিন্দু

ঙাল্লি লাইবক্তা সিন্দুর বিন্দু ;

লুরবা ফজবা ফিজোন

কাংঙগী থগ্তা অঙাংবা চরণ !

থুরুমজৈ নঙোন্দা ঙসি

বাগদেবি কবিতাগী লাইরেম্বী !

হৌবিরো ঙসি শ্রীরাগ

ওইনবা মঙ্গল জগৎ পুম্নমগ্ !

খিগ্পিরো অমৃত ঙসি

ছন্দ ছন্দ খুদিংদা বীণাগী

তাজরগা নংগী বীণা

পীনবিরো ঐঙোন্দা প্রেরণা ;
শগ্নগে কবিতা অনা
স্বুরদা শকথিজ্রিবা কনানা।

হৌবক্লে ন্নাখলগী ঈথগ্
পাগ্নবা সমুদ্রগী ঈথকুম ;
ন্নাবে খাঙ্বা থম্মোইসিনা
চাংজোগুম ফুবিরবা ঈথগ্না
থোরগ্লে ন্নাহৈ ময়াম্না
জগোই শানা শানা ঐগী মাঙ্দা
ফোংদোগ্নবা ন্নাখলশিংঙু
পাগ্নবা সমুদ্রগী ঈথকু।

ইবোবা মুংশিবা কলম !
থীল্লগনো, থীল্লগনু অমুক !
পুহ্নমদ্রবা ঈথগ্ অসে
পুথোগ্গগা নংনা পোত্থারগে।
পীব্বিবো ন্নাথং ভারতি !
হৌরগে শকপা কবিতা ঐগী ,
লমজীংবিরো হে সারদে !
কলমদগী কালিগী ঈচেলসে।

---

## দীপান্বিতাগী অহিংদা

আসি,

দীপান্বিতাগী অহিংনি , মন্বনা মপং কারবা
ভাল্লি থাংমৈ অমতংদি—তনিগ্ তনিগ্ মতোমদা।

ঙাল্লম্মি সন্ধ্যা মতমদি থাংমৈগী পরেং পরেংনা
থেঙ্‌লবা মতমসিদদি তুমঘরে মখোই অতৈদি ।

থাংমৈদি মচা পিশক্তো হাইনা হুম্না চাগ্‌লহুনা
অমম্বা মপৈ তাম্থোগ্‌ই পাঙ্গল লেগ্‌না মত্তোমদা ।

থাংমৈগী নাক্তা চংলগ্‌ই মুগুক মুন্নবা অমম্বা
লোন্না তপ্না লাক্লহুনা নাকোইননা তুমিন্না ।

"মুৎলোহে থাংমৈ অপঙ্‌বা ! নমান্নবশিং মুৎলেনা"
অমম্বনা হায়রকই নাপ্প চীক্লা মনাক্তা ।

"চৎলোনহাই ফত্তবা !" তাম্থোক্লগ্‌ই থাংমৈনা
পাঙ্গল থেক্লা চাগ্‌লহুনা তরগ্‌ তরগ্‌তি মত্তোমদা ।

থাংমৈ নংনা মুংপগা হেগ্‌, য়োৎলগেদো পৃথিবীসি"
লাউথরকই লুরাগ্‌ননা অমম্বনা 'থক্রুগী ।

"মুংখিবোই ঐদি মুংখিবোই" থাংমৈনা পাউথুম পীবকই
ঐহাক্কী শিম্বা লোইহ্রিঙৈ 'মম্বনা পৃথী য়োৎফরোই

ইন্নুংগী সোরা তৈরগা, খোয়রকনিএ হুমিৎনা
ফত্তবা নংনা চেল্লনি মায়থীরবা লাম্মীগুম্না ।

য়োৎহ্রিফাওদি মতম অহু ঙানখিগনি ঐহাক্তি"
খুম্মি মাইরোং য়ান্নহুনা খোনা ফন্নবা থাংমৈদি ।

হায়রে ঐহাক্লা থাংমৈদা চীক্লবা অহিং অহুদা
"ঙানখো থাংমৈ ঙাইহাগ্‌ ঙানখো ! চীংখৈনা ফিহুপ হুন্ননি" ।

---

# চীক্লা হংবা ৱাহং

"ঙাল্লি করিগী থাজ নং ?"
হংঘি লৈচিল্লা থাজদা
অহিংদা শরদ্ ঋতুগী
মুংশিবা থাবলদা নোংলকী।

খুমঘিএ মোমোন থাজনা
চিংনবু চেপলপ য়েংলগা
"অমম্বা মপৈ কোকচগে
জগৎকী সেবা তৌজগে"।

"চেল্লি করিগী তুরেণ নং ?"
হংঘি লৈরাইনা তুরেণ্দা
বসন্ত ঋতু অয়ুক্তা
সনা মাল্লবা মুংশাদা।

"খোয়না থেক্লা চেল্লদুনা
য়েঙ্গগে ঈশিং ঙাইবংদা
খুমঘি তুরেল্লা মুঙাইনা
নোক্লা নোক্লা মুঙ্গাইলক্লা।

"শাংলি করিগী থম্বাল নং ?"
হংঘি নোংমসু পুথ্রীনা
মুমিংনা ৱাখোং লোনবা কাল
ইঙাগী অহানবা মুমিঙা।

মুংসিবা লৈনম য়েঙ্গগে
জগৎকী সেবা তৌজগে"
থুমখি থম্বালনা হয়াউনা
মুংশিন্তা জগোই শাহ্লনা।

---

## দশমী থাবল

শাংলি চীক্লা থাবলৈ, থাবলক্তা ওসিংগী
নাপচীক্লা হুম্মরৈ, মুংশিংনসু অহিংগী।
মতমনগা থেঙ্ঙবনে ঈচিগ্ হল্লি অহিংনা
থাবলগা ফবনে ইপোম হৌরি রাখলনা।
পাইখি চেক্লা অমথগ্ শূঙ্গগী চেক্লা মতোমদা
থঙ্হৌদনা নোংদোন্দা অহিংসিদা থেঙ্ঙলবা।
কবোলোইদা থোইবীনা ওসিগুম্বা অহিংদা
মপাম্‌লম্‌দম্ মোইরাংলম্ কপখিবরা ওন্দুনা?
কপখিবরা মীতৈ মুঙ্গা চীংগী মীগী কৌওখোং
য়েংথহুনা তম্পাক্তা পামদ' শৃক্তি নাকল কোন?
নিংথৌ মন্ত্রী চাগ্‌নিবা তুমখুন হন্না তুমথরে
লম্বী সড়ক থুদিংমগ্ লোইনা পুমচীগ্ চীগ্‌থরে।
কায়নরবা কায়নবী অঙাওবগা কবিগা
মহোয়দমক ঙাইহৌরে অহিংসিদা মুংশিবা।

হোমর দান্তে সেক্সপীয়ায়, ভট্টি কবি কালিদাস
হে থাবল ফজবা! তুম্নাৎপদাই ঈহাক্তা?
তুম্নংকনি কবিশিং আ তুংদা লাকপসু

শক্লগনি নগুণশিং গুম্লাতুনা মখোইস্নু।
অমর ওইবা হে থাবল ! ফজবনি নহাক্তি
মালেম পৃথ্বী থুংনবু যুগ যুগ খুদিংগী।
পরেং ময়াম অসিবু কনাগী খুৎনা ইরম্বা
চহি কুম্বু য়াম্লগা থঙ্বিরক্লোই কনানা।
অতুফাওবা থাবলনা ওসিগুম্লা থোক্কুনা
রাখলসিমক খল্লনি তুংদা লাকপা কবিনা !

---

## খুড়া চাউতোন

লৈকাই ময়ামগী খুড়ানি খুড়া চাউতোন অরাংগী
শূবা নোম্বা, নোম্বা শূবা ওাইহাক্তফাউ লেপ্তবা।
অমা শূদ্রে অমা শূই ; অমা তৌদ্রে অমা তৌ,
খুড়াগী হকচাং তেন্তকপা য়োৎনা হৈবা পূমহৈরা ?
"ঘড়ীদ ফাউ লেম্লিকো খুড়া ওাইহাক পোত্থাউকে।"
হায়বা ঐনা মাঙোন্দা, নোকই মানা ইশিশিনা।
"থবগ্ শূবা লোইরগা খুড়া পুল্লপ পোত্থাগে"
মচিন্দমগ্ মখুম্নি ; লেপ্লা লৈত্তে মখুত্তি।

কম্না শূবা খুড়াদো ইনাগ্ য়াম্না খুল্লেদো ;
চানিংবদা চাবা য়ারে ; শেংনিংবদা শেংপা ঙমলে।
তৌবদবু খুড়াহু থবগ্ হেন্না শূবহু
নহা ওইনা অহল ওই, য়াহু শোল্লে ইহো হোই।
হ্বাইদগী পাম্বসি খুড়ানা ক্ষীর নং নং লাউবদা

তল কোত্নুনা চাবনি তেঙ্গোত্নগী কৃষ্ণকান্তি।
অদুবুনে হৌজিক্তি পৈসানা শৌরবা কান্দদি
তল শায়বা ঙমদ্রেদো! খুড়া চাউতোন ওম্মোকই!
তুম্বা হিপ্পা পোত্থাবা, মচেৎ ওইরকপা কুইবনা
খুড়াগী খোং নামহু, রানা শেক্লা মচৎলে।
কারদা নোংমা চৎলিঙৈ কল্লকৃলকৃই অদুঙৈ:
"লায়ররিঙৈ মতমদো, মুঙাইদকো খোঙ্না চেনবা!"
কৈথেনমুবী চেল্লম্মি হুমাং চোৎনা মুংশাদা
"মুঙাইরিনিদা ইবেমহোয়! মুংশাদা লমজেন চেনবসে"
হায়রকই খুড়া চাউতোন্না; "থীদা করি অহল্লো!
করি থোকই লংনবা?" খুড়া মথা তাখিদে।

হল্লগ্ই ঐনা দিল্লীদৈ, খুড়া চাউতোন লৈরমদ্রে;
করি ওইনা নাম্বা হংভি ঐনা লৈকাইদা।
"শেনগী হিসাব পাবদা, তুবনি লোংনা সিড়ীদা"
তপ্পা নোগ্ই পাখংশিং পাউখুম অসি পীরগা।
সনাসু থনম্মি; লুপাসু থনম্মি; থনম্মি লৌ ইথোনসু
থনম্বা ময়াম তুমবা, থনম্মি মচা মুপাসু।
কুমসি শিবা মরক্তা চাউতোন্না ইনাগ্ মথুল্লে;
থবগ্না পূন্নাই লোইবদা খুড়া পুল্লপ পোত্থারে।

---

# লৈকোন্দা চংলবদা

নোংমা ঐবু নিংথৌনা
লৈকোল য়েংঙ্ থারম্মি;

মপুগী য়াথং ইল্লদুনা
ঐসু লৈকোন চংলগনি।

কপ্না কপ্না চংজখি
লৈকোনগীদি থোঙ্গান্দা;
নোক্না নোক্না ওক্লম্মি
ঐহাকপুদি ময়াম্না।

মুপা অমা থোরকখি
মুজা অমা লোয়ননা;
মখোইগী য়ুমদা থম্বিখি
মখোয়না ঐবু চুপ্তুনা।

মুমিৎ কয়া হৌখিদুনা
লোইদাম কয়া লানখরে;
লোইদাম কয়া লোইখিদুনা
চহি কয়া চংখরে।

মুঙাইতবা ছোরকলে
লৈজনিংদ্রে লৈকোন্দা
"নিংথৌগী নাক্তা লৈজগে"
হিক্না কপলে ঐহাক্না।

সনা নাক্তা লৈহন্দ্রবসু
লৈকোন্দা লৈদৈ শরুক্তি
নুং মচেৎ ওইনবু
পোকচরগে ঐহাক্তি।

থিজরকই ঐহাক্না
হিক্না হিক্না কপ্‌লহুনা
অমত্তংবু করিগুম্বা
সনা চরণ্‌ কৎনবা।

লৈকোন থুংনা থিরুরে,
হৈরাং পামেল কারুরে;
লৈরাং পাম্বী য়েংলুরে,
নাপী শীংনা ফাকচরে।

লৈজদ্রেনে কৎনিঙাই
লৈরাং, উনা, পাম্বীদা
মতিক চাউবা নিংথৌগী
লৈরমলে মোহরঙাক্তা।

কৎকে ইশা থৌরাংলে
ইশাদসু লৈরমলে!
কৎকে থম্মোই য়েংলুরে
থম্মোইদসু লৈরমলে!

গতি লৈতবা অতাক্না
তৌভম খঙ্দা লৈরিঙৈদা
লাউরকই কনা অমনা
"অরেম্বদা ৱারেদো!

শেংনদং ভক্তি কৎলুনে
মিংলু লাইজ শিন্ধনা"।
প্রেম ভক্তি কচ্চরে
ঐবু থারকপা মঙোন্দা।

# চেকশিনবিয়ু যাত্রীশিং !

রাংলি রাংলি, রাংলি ; রাংলি য়াম্না রাংলি ।
রাংলি য়োগদবা পঙ্কুংভম্
চেকশিনবিয়ু যাত্রীশিং !

তেল্লি তুংগী লম্বীনা ; লম্বীনা শাংলি মাঙ্গী
মাঙ্গদা চংবদা লেপকম্নুসি,
লেপকম্নুসি যাত্রীশিং !

তপ্পা, শান্তি ওইনা তপ্পা ; তপ্পা লেপ্পদি লৈতনা
লৈতনা লেপ্পদি চংশিনসি !
য়োগনি শোয়রোই পঙ্কুংভম্ ।

চংসি চুম্না লম্বীদং লম্বীদংদি লান্দনা ;
থাংসি খোঙ্গা তত্তনা,
য়োগনি লেপ্পা পঙ্কুংভম্ ।

খোংলক্লি নোংস্নু হন্ন হন্ন ; হন্ন হন্ন তারনি বজ্র ।
অত্থবু ঐখোইদি হল্লরোই ,
হল্লরোই পঙ্কুং য়োদনা ।

শাংহোরে তুংগী লম্বী ; লম্বীসি তেল্লকলে মাঙ্গী,
মাঙ্গদা চংবদি লেপ্পনুসি
লেপ্পনুসি যাত্রীশিং !

উরে মাঙ্দা পঙ্খুং ; পঙ্খুং রানা তাঙ্খুপা !
হিরাকল্লি হিতুংলমদাই ;
হিতুংলমদাই, চেকশিনবিয়ু যাত্রীশিং !

য়োরেদো হৌজিক্তি পঙ্খুং ; মুংঙাইসি পঙ্খুং য়োবগী !
য়োবগী নাপলদি তৌফরোই !
তৌফরোই, চেকশিনবিয়ু যাত্রীশিং !

---

# লম্বীগী অঙাওবী

থবগ্নগা রাবনে মুংশানগা শাবনে,
উইথরম্মি ঐখোইনা।
কনামদি মরাউখি—
"থগ্উ থগ্উ পীথকে লৌহৌ লৌহৌ পীরমগে"।

"অঙাওবীহ্ লম্বীগী লাউজবহুম ওইরিনি"
মনোক্অম্মি ঐখোইনা।
নোগ্না নোগ্না মরাউখি—
"তাঙ্না ফংবা খোইহীনে হোঙ্না চাউনা পীরমগে"।

মকোকনিনা জীবশিংগী রারবসু পন্দোমলোম্
রানা রানা মশূখি।
মিহুংথোঙ্দা মরাউখি—
"থগ্উ থগ্উ থগ্চহৌ, অরা পোত্থা ওইজহৌ"।

সন্ধ্যা থাংমৈ থানগৎলে, অঙাওবীসু চৎখরে ;
অরা পোত্থা মতমনি ।
কলম খুত্তা পায়খৎলি
নিংশিংলকখি অঙাওবী হন্না হন্না লাউখিবী ।

তাহৌবদি খোইহীদি অঙাওবীগী পুন্দগী
মিহুৎথোঙ্দা পক্লমখি ।
য়েংলুবদা সন্ধ্যাদা
উফুল রাইফুল তারমলে মুংশানসু কংলমলে ।

অংখি ঐনা খরহু কংশিল্লবা খোইহীহু
মিহুৎথোঙদা পকলম্বা ।
কদাইদগীনো খঙ্হৌদে—
তিল্লখি ঐগী কলমদা কবিতা মপৈ মপৈনা ।

ঐগী কলমহুদগী কোকিলগুম্না কুঞ্জগী
থোকখি নৌরবী কবিতা ।
ওঃ ! নিঙম্মক্কে হুজিক্তা !
নিহৌদেদা খোইহীদো অঙাওবীনা লাউবদো !

---

# সদ্‌ভাবনা সমারোহ

তিল্লে ওসিদি লোন ময়াম ; য়াম্লবা লোন ভারতকী
লাকও পঞ্জাবী, লাকও সিন্ধী, লাগ্‌ও গুজরাতী মরাঠী !
য়াওরে ওড়িয়া য়াওররেনে অসমীয়া
য়াওররেনে মলয়ালম্ তামিল তেলুগু কন্নাড়া ।

লাকলে বঙ্গালী ; হিন্দী মণিপুরী নেপালী
লাগ্লে কোঙ্কনী, অরাংদগী কশ্মীরী।
লাগ্লে উদ্দ্সু, ফমলরে হরাউনা, ফিদাথক্তা মহাকী
তিল্লে লোন অতৈসু ডোগ্রী মৈথিলী রাজস্থানী।
য়াওররে অমুকসু, লোন অতৈ কয়াসু
পুণ্যভূমি ভারতকী লোনগী মশীং শুনবু।

লেঙ্শিল্লে সংস্কৃত ঙসিগী ঐখোইগী সভাদা
সভা নেত্রী ওইনবু, চীংনা লেম্না, সভাসিগী ময়ায়দা।
কিগনি হৌজিক কনাবু, পুল্লবদা ঐখোই ময়াম ?
চাওখৎপগী লমজেলসে থোইরনি ঐখোইনা শোয়দনা !
কাউরুই অসুক কুইবসি, অমত্তনি ঐখোই ময়ামসি
হায়রসু অমুক ঐঙোন্দা লমলানবনি ঐখোইদি।
যোকলকইদো সংস্কৃতনা লোন ময়াম ভারতকী
বৈদিক যুগতগী হৌহ্না অসুক কুইরবা মতমসি !
য়োকই সংস্কৃতনা মলয়ালম্ বঙ্গালীবু য়োকপা অহ্নপ্
য়োকই সংস্কৃতনা তেলুগু হিন্দীবু য়োকপা অসুপ্।

লৈরি অরাংদা হিমালয় লুপাগী লুহুপ উপুনা
ঙাক্লি ঐখোইগী সীমা অহিং মুংথিল নাইদনা।
পাম্বোম ওইসু তিংথোকই সমুদ্র য়োনা মখুত্তো
ঙাক্লি ভারত লমমুংশি অরা পোত্থা নাইদেদো।
নোংপোক্তা লৈ বঙ্গোপসাগর নোংপোক পনঘৈ ঙাক্তুনা
নোংচুপ্তুনা আরব সাগর নোংচুপ সীমা কন্দুনা।
ভারত মহাসাগরনা কোটি কোটি ঈথকা
মখা সীমা ঙাকপদি কয়াগী মতিক মুঙাইবা !
জয়, জয়, ভারতকী জয় ! শকলি লোন খুদিংমক্তা
জগোই শার শারহ্না ঐখোইগী তুরেণ লীশিংনা।

---

# চৎলো, চৎসি, চৎলসি

মাগুদা য়েংলে ইমম্ মম্, তুংদা য়েংলে ইমম্ মম্,
অমত্বগী মরক্তা
মৈরা পয়েং পায়রত্বনা
চৎলো চৎসি চৎলসি !

অমুগ্ কারে অমুগ কুম, অমুগ্ কুমলে অমুগ কায়
অকুং অতোং লম্বীনি ।
যুগ যুগকী খোংচৎনি
চৎলো, চৎসি চৎলসি !

থায়নদি থায়না অত্বৈ অঙান অমম্ শিন্নৈ
চৎখিদো লম্বী অসিদা
এসিরিয়া পারসীয়া
গ্রীস মিশর বাবিলোন ।

তুঘি অত্বু য়াংবিথগ্ মখোই ময়াম অমমম্
চৎনদি চৎনা লম্বীথগ্
লাল্লুবনা লম্বী নিয়ম্ ;
ঐখোইদি চৎসি চৎলসি ।

অমম্বু চৎখি লম্বীসি মতম্বু পংকুই কুইদরি
সনাগী থক্তা তম্ফাথিন
মুঙাইনা সম্মান ইরাং হৌ
রোম সাম্রাজ্য পাঙনবা ।

তুঘিদো অত্থব্ রোম্ চংনদি চংনা লম্বীথগ্
লমচত্তা মোংপা মরমশী
অকে অমৌ পাম্বশী
শেঙ্গা থুমজানা নম্নুনা।

অত্থব্ ঐখোই চংলসি লম্বীসিদা যুগ কয়াগী;
লাক্লে চহি লীশিং কয়া
চংখিনি চহি লীশিং কয়া
চংলো, চংসি চংলসি!

ভুদরি ঐখোই কদৌঙৈ তুরোইনে ঐখোই কদৌঙৈ
সত্যনা লমজীং ওইরিঙৈ
অহিংসা খুংলাই পায়রিঙৈ
চংলো চংসি চংলসি!

কাউরসি লোনগী খেন্নবা কাউরসি পোগ্‌ফম খেন্নবা;
খেন্নবদি মচেংনি
- মান্নবনা মপুংনি
চংলো, চংসি চংলসি!

অমম্বশু কুইররোই অরাবশু শাংলরোই;
ইন্নুংগী সোরা তৈরকলে!
চীংখৈগী কিত্থুপ হন্নকলে!
অমৃত তুংশিং হন্মরে।

অচৌবা গুণবু শগ্‌লসি ঐখোইগী লৈবাগ্‌ ভারতকী
খোজাপ লাওনা কাল্লহ্ননা
সত্যজ্যোতিগী মঙালদা
চৎলো, চৎসি চৎলসি !

---

## বর্ষাগী অভিসারিকা

তারি নোংনা ঝিরি ঝিরি, বরিষাগী অহিংসে
কুঞ্জবনগী লম্বীসিদা চৎলো আসি হে রাধে ।।

নুংশিৎনসু শীৎলগ্‌লিয়ে নোংথাংনসু কুপলগ্‌লি
পল্লি অহুবু করিগী ? চৎলো নংবু বাউলিনী ! ।।

তুমঘরে আসে গোবর্দ্ধন, ভাণ্ডীরবন তমালবন
অমম্বা ফিরুগ্‌ খুমহনা মম্‌লে শূন্না কুঞ্জবন ।।

খোংলি নোংনা তোয়না তোয়না, অহিংসিদা থেঙ্‌লবা
গোপ গোপী ষণবী ষণ্ণাউ হুনঘরে তুমখুন লোইনা ।।

কোঙ্গোম্না লৈতেং ওইঘরে ঈহৌরবী কালিন্দী
ঈথম্না পূমনোম নোমঘরে নুংশিৎনগা লৈবদি ।।

শূন্না মম্নবা ইঙেনগী, থেঙ্‌লবদি অহিংসে
অমুবা ফিজোন হোংহনা চৎলো আসি হে রাধে ! ।।

## বর্ষাগী অভিসারিকা

অতিয়া শীনবা থুংনবু কুপলি নোংমা মরোণ মরোণ
নোংনা ছত্র গুইরদুনা, চৎলো রাধে কুঞ্জবন ॥

থারিবদো প্রেমগী পামেল নংগী হৃদি কাচিন্দা
নৌনবু য়েন্নিং হুল্লগ্‌লে বর্ষা নোংনা চুবদা ॥

শ্যামগী বাঁশীনা খোংলনি রাধা রাধা কৌদুনা
লেঙ্‌বিরসি বাউলিনী হায়এ ঝলজিৎ সিংহনা ॥

---

## শরদ্‌কী কোকিলদা

শরদ্‌ কোকিল করিনো
কৈরাথক্তা কমদুনা
বিদায়গীতি শক্লিবা ?
বসন্তসু হৌঘরে
ওলাংথাসু লোইঘরে
করিগী নংদি লৈরিবা ?

লিক্লাগী মরিক্তা চোংলবা
শরদ্‌ ঋতুগী অয়ুক্তা
হুংশিবা দৃশ্য য়েংলিবোই !
হুংশিবা দৃশ্য উদুনা
বিদায় লৌগনি খল্লদুনা
তেংথাদুনা লৈরবোই !

হৈনম লৈনম চুরবা
বসন্ত ঋতু মতমদা
হৈনৌ মপাণ চুপ্লদো—
পামেল খুদিং পাইবদো
মুংশি কোলোই শকপদো
নিংশিংলুমু চেক্লাও !

থাপা লৈবা দৃশ্যনা
লৈচিন নোংফাই লোয়ননা
হেন্না পুক্লিং হুবনি ।
হৌরবা মতমগী স্মৃতি
মশেম মরাং লৈবদি
থোইনা মুংশিবা হেনবনি ।

কলিন্দ কন্যা চেল্লবা
বৃন্দবনবু থাহুনা
কংস হাৎপা লেঙ্‌বদো—
প্রেমময়ী রাধাবু
বৃন্দাবনগী লমদমু
মুংশিদবা নত্তেদো ।

সীতাবু বন্দা থাবদো
দাশরথি নিংথৌদো— ।
মাগী মরমমীদমক্তা
কনক লঙ্কা তুমব্রবী
জনক কন্যা জানকী
মুংশিদবা নত্তেদো ।

ইথৌদাংগী মনাইনি
সংসার জীব ঐখোইদি ;
মপুন্সী সৃষ্টি মন্নুংদা
খ্বাইদগী পামজবা থরাইমক
নোক্না নোক্না থাগনি
নথৌদাংগী দমক্তা ।

বসন্ত ঋতু মতমদা
অনৌবা য়েন্নিং মরক্তা
কুহু খোংবনা নথৌনি ।
নিংথম্বা ঋতু লাক্লগা
নিংথম চুপ্পা লোৎপনা
চেক্লা নংগী নশিন্নি ।

চেক্লা নশিন কাউহুনা
শরদ্ ঋতু মাকমৈদা
করিগী কুহু খোংবনো ?
অরেম্বা সংসার উহুনা
মায়াগী লাংদা থুহুনা
চেক্লা করিগী কপ্পনো ?

---

## ইঙেনগী সন্ধ্যা

আসি,
চুরে নোংনা বম্ বম্ মায়গৈ পুম্বা ইমম্ মম্
মম্শিল্লক্লবা সন্ধ্যানি
বর্ষা ঋতু ইঙেনগী ।

খোংলি নোংনা গুরুগুরু শীংলি মুংশিং উরু উরু
শোরুরিয়ে উপাল রাগান
হাইনা হুমনা মুংশিংকা লান ।

তুম্মে মুঙাইনা অতিয়া লৈচিন-কাম্থু শূম্নহুনা
তুমঘরে থরান ময়াম্না
নোংগী ফিরুক খুম্নহুনা ।

অহিং চুপ্পা চুবনিদো তোয়না বজ্র তারনিদো
কিজরবী পৃথিবীনা
লৈরনিদো নিক্লা নিক্লা ।

ইনাগ্ খুনবদি মফবি লাইরবশিংদি কমদৌনি ?
শেগায়থবা খাংপোকশংদি
ইমুংনা শুমাঙ্ ওল্লনি ।

বর্ষা ঋতুগী মতুংদি মুংশিবা শরদ্ ঋতুনি ।
লৈচিম্না মফোণ পায়বা কাল !
শিঙ্গারৈনমু শাংপা কাল !

তুরেল্না লূনা চেনবা কাল ! শীংনাংনা মপাণ শাবা কাল !
রাইমুনা পরেং পাইবা কাল !
থম্ব্রাংচায়া পাইরকপা কাল !

লিক্লা চোংলবা অমুক্তা, সূনা মাল্লবা মুংশাদা,
সেবোংকী মপাণ মপাণদা
খোইমুনা ভংনা পাইরকপা !

শরদ পূর্ণিমা লাকখিনি থাংথক নাইদবা থাজগী
থাবল্লা ফিঙৌ ফৌরনি !
থরোম্নু খেক্লা নোক্লনি !

চুজরোদো ঙসিদি ! নোং নং ঙসি চুজরো !
শরদ্ ঋতুগী আশাদা
থাঙ্লগে ঐনা অরাবা !

ইঙেনগী সন্ধ্যা অমম্বা ! হায়রিবি কনানা নঙোন্দা
"অমম্বনা অরোইবনি
তাইবং মীগী পুন্সি অসি" ?

শোয়দনা লাকই অঙানবা অমম্বা মতুং ইন্দুনা ;
ঙাইঘিগনি অতুভাউবা
হৈধরো ঙসিদি নোংনা !

হকচাং অসিদা চোৎপনি কুমগী নোংনা চোৎপসিদি !
ঙম্বরনে নোংনা চোৎপা
থৌনা, আশা ? ভরোসা ?

অমম্বদগী অঙানবা অমোৎপদগী ফজবা
অরাণবদগী অচুম্বা—
মানি ঐখোইগী লম্বীনি।

নোং ! চুজরো ঙসি বম্ বম্ মায়গৈ পুম্বা ইমম্ মম্ !
রাবা পুম্বা থাঙ্লগেদো
নোংনা ঙসি হৈধরো !

---

## সত্যগী মুক্ষমদা

নোংমা,

হংঘিএ ঐনা বর্ষাদা "বরিষা ঋতু মুংশিবা !
মরম করি লৈবনা লাকই নংনা মতম চানা ?"
"লাকপনি সত্য লৈবনা" খুমঘি মানা ঐঙোন্দা
ফুইর নোংহৌ মরক্তা মাগী লূম্রবা খোঞ্জেন্না।

শরদকীদি অহিংদা, থাবলনা ফিঙৌ ফৌরবা
হংঘিএ ঐনা থাজদা থাবল্লেগী লৈকোন্দা
"শরদ্ পূর্ণিমা মুংশিবা লৈচিল্লক্তা নোক্লিবা !
মরম করি লৈবনা থোকই নংনা মুংশিনা" ?

খুমঘি মহাক্না ঐঙোন্দা-থাজ মাগী মরোন্দা
"থাজ ঐনা থোকপদি সত্য লৈবা মরমনা"।
হায়ঘি ঐনা "মুঙাইরে" কনানম্ তাদনা
কাব্যরসনা থল্লবা মুংশিবা শরদ্ থাবন্দা।

অহিংদনি নিংথমগী ইংবনা থগ্ থগ্ নিকপা কাল
উন পুরবা মালংবা মীবু চিক্কে তাল্লবা কাল
থরান পরেং পরেংনা নিক্না নিক্না উল্লক্তা
তগুপ তরেং লৈতেংই শীনবা থুংনা অতিয়া।

"অমুক ইংলবা অহিংদা হো থরান মরূপশা !
মরম কবিগী থোকপনো ?" হংঘি ঐনা মখোইদা।
"সত্যবু কিবা মরম্না !" খুম্লকই চপ্প্ মান্নমা
কোটি কোটি থরান্না থরানমিচাগ্ কী মরোন্দা।

বসন্ত ঋতু অয়ুক্তা চুম্ব্রেনা মপাণ্ শাবা কাল !
অয়ুকী সনা মুংশাদা হঙ্গাম মপান্না নোকপা কাল !
মাধবীগী কুঞ্জদা লৈরাংনা মপৈ কেনবা কাল !
হরাই উড়ীগী মপাণদা খোইমুনা ঙংনা পাইবা কাল।

"মুমিৎ নংনা করিগী থোকইবা নিতি নিতিগী
অরা পোখা নাইদনা ?" হংঘিএ ঐনা নোংমদি
খুমঘি মুমিংনা ঐঙোন্দা মরোন্দনি লাইশিংগী
"মুমিৎ ঐনা থোকপদি ওইবনি সত্য লৈবগী"।

"জীবশিংনা হিংলিবশু জগৎসিনা লৈরিবস্থ
ওইবনি সত্য লৈবগী" হায়ঘি মহাক্না অমুকস্থ।
সত্যগী গুণবু ভাবদা পাঙগ্রবা মীৎনা পাঙ্লকখি
"সত্য, সত্য, হে সত্য !" থারবা লৈনা হায়রকখি।

---

# কবি চাউবগী চিত্রপট

নিংশিংলকই থঙহৌদনা কবি চাউবা ওসিদি
কল্লাংদবু ওাল্লিবা উবদা চিত্র নহাক্কী।
নিংশিংলকই রারী কয়া, নিংশিংলকই ছন্দ কয়া
নিংশিংলকইনে মতমদো 'লমজিংবিঘিবা নহাক্লা।
হুল্লকইনে য়েন্নিং চামা নিংশিংবগী লৈকোনসিদা
অনৌবা য়েন্নিং লাকপগুম ঋতু বসন্ত লাকপদা।
লাইবক ফৈদা চিত্রকার! কজৈদকো মাগী কলা

মাগী তুরিগী উপায়না ফাজিন্নুনবু থম্মলিবা
কবিগী নুংশিবা শককম মতম চুম্মগীঘু ওইমা
পাং তিংলবা অচম্বা ফি মচেং মচা অসিদা।

য়েংউ কয়াদা মাল্লিবা কবিগী অংঙোবা কুচু!
লৈরেদো মাঙ্দা লেঙ্দনা উনিংবা তপ্পবা শকম্নু!
ঙাঙ্নবা মাগী চিনবান লৈরে অতুঙৈ মতৌগুম্
রাদনি ঙাংদবা ঙসি, মৌন ব্রত তৌবগুম্।
অদুবু হায়বিয়ু কবে! করিগী ঙাংদে রা ঙসি?
লৈরি করিগী তুমিন্না মতৌগুম মৌনী নুমিৎকী?
পায়বিদে করিগী খোর্জে চেন্দ্ররক্তে করিগী
ছন্দ ছন্দ খুদিংমক্তা নহাক্কী কবিতা মাধুরী?
"লায়ররবী ইরোল্লি খঙ্দবনা হায়বনি;
মৈতৈ কবি লাকখিনি" হায়বিয়ু অমুক্তা ঙসি!

"য়েম্বীনা বাঁশী খোংবদা বাঁশী খোম্থাং তাবদা
নাপীগী ফমজাউম্নুংদগী নৌনা য়াকাইররোই"
অম্নুক ফজবী কবিতা থোরকপগে কদাইদগী?
হায়বিয়ু অমুক্তা কবে! নহাক্কী চিনবানসিদগী।
"ফুঙ্গা খামরেন্ থাররোই লৈমগী সেবা ঙাইররোই
পারি ইমোম কনানা চুপ্পগী মিহৌ তাররোই"
"লৈবাগ্ রায়েন ঙক্কবা মীথগ্ খোংবা য়াকবা
পলেম পম্হৌ কয়ানা চীক্লা তুমথুন তাল্লিদো"
অসি পঙ্ক্তিশিং ইরম্বা লাইবগ্ করবা কল্লমদি
ওম্মোগ্ই কবে কদাইদা হৃন্দোগ্পিরমলে ঙম্মিদি?

শাৎলগ্ ইদো লৈবাগ্ লৈনা কাম্বী কালেন খুদিংগী
ওঃ অয়েম্বদা কেনঘয়ে লৈতবনা নহাক্তি !
মেলৈ লৈম্না মুংজুম্পান কদাম্বম্ব ফেয়াথগ্
চীগ্না ভানবী লৈয়াংদি লোইবী চীংগী নাপোমথগ্—
লৈচন খঙ্দনা লৈমনচন্ লৈয়াংনা পুন্সি লোম্ববু
লৈত্রে তেংথাবিনবা লৈতয়ে হৌজিক কনাবু।
থাইনগী লৈয়াং অমনবী মল্ল-মল্লগা লৈনুংশি
ইবিনবা লৈতবনা য়ৌদ্রে কবিতা-কুঞ্জদি।
খ্বাগ্ চীংগী গুলাপ মুংশিবী লিক্লাগী বিন্দু বিন্দুনা
লৈয়াং মায়থোং লৈতেংবী কেনঘয়েদো ইহৌদনা !

নোংমা শরদকী থাবন্দা কাব্যরসনা থল্লবা
পেম্না নোকখি থয়ো ময়াম্ লুরবা পাৎকী ঈশিংদা।
হুংঘি মখোইনা ঐঙোন্দা "কবি চাউবা লাকদয়া ?"
"লাক্লয়োই অমুগ্ মহাক্তি" কপ্না খুমঘিএ ঐহাক্না
তুমিন লৈঘি থয়ো ময়াম শাৎলবম্ব ফুগায়না
তুমিন্না লেপখি পামেলশিং, তুমিন্না লৈঘি মালংবা।
পিয়োইনঘি থয়ো ময়াম, শরদ ঋতুগী থাবলম্ব !
ওন্দুনা খাঙ্ঘি উফুন্দা লম্বীদা তাবা থৌদ্বস্ব !
অহিং কৌবী লাইয়েম্বী মীৎলুগী লাইজ শিদ্ধঘি
তপ্পবু তপ্না তপ্ তপ্; উনা য়ানা চোৎলকখি।

অহিং অমম্ব নোংমগী নোংঙাল্লমদাই য়োরমদাই
খাজনা চীংম্না খাংলমদাই থাবম্না য়াখোং লোল্লমদাই
মূনা য়েংঘি খাজনা মূনবু মূনা চেপথনা :
হুংঘি অছুগা ঐঙোন্দা "কবি চাউবা লৈবয়া ?"

"লৈতরে কবি চাউবদি" ঐনা খুম্বদা থাজনা
লৈচিন্না মায়থোং খুমঘিদো নোংচুপ চীংগী ময়াদা।
ঙাইহাগ্ কপ্লগা তুম্মিন্না, তুম্মিন্না অতুম লৈথখি
থাজ মাইথোং ইমগ্ মগ্, নোংচুপ চীংগী মরুমদা।
কপখি রানা প্রকৃতি, কবি নহাক্কী রাবদো
অমম্বা ফিরুগ্ খুমথুমা নোংঙালমদাই অহিংদো।

অদুগৈদা মধুনা চীংমী ফিজেৎনথুনা
খোংজোংনুবী য়েংলগা হিগ্নবু হিগ্না কপখিবা—
ফৌগু ঈশৈ মুংশিবা চহা চবু চলোইবা
মৈতৈ তেঙ্গোল কনঘিবা খেবু চীংগীদি চীংথক্তা—
অদুগৈগী লবঙ্গ লাঙ্গোই খুরুপ থোরথুনা
থাংগী জগোই শাঘিবা খাগেম্ব্রজিংকী হাগ্তগ্তা—
লৈরাং-কোলোইনা কোলোইবী, নুরাগী কোলোই মালতী—
লতাসনা শগ্হেনবী মগুং লাংগী মহাক্কী
সনা লৈবাগ্ কায়ঘিবী; নিংশিংবিবরা ময়ামসি ?
হায়বিয়ু ঙসি ঐঙোন্দা ফজবা চিনবান্না নহাক্কী !

খঙলে কবি, খঙলে ঙসি, নহাক্কী সৃজন শক্তি
তিনঘরে লোইনা তিনঘরে শোয়দনা; তিনভমদা জগৎসিগী।
তিনঘরে ছন্দ, তিনঘরে অর্থ, তিনঘরেনে কবিত্ব শক্তি
তিনঘরে লেপ্পা, তিনঘরে লোইনা, অশেম্বা মপুদা জগৎকী।
নত্তে নহাগ্তি অচম্বা কবি, শূপ্পগী মতম থরগী
অমরনি নহাক্তি মতম চুপ্পগী কচ্চরি নঙোন্দা শ্রদ্ধাঞ্জলি।

# ঐখোইগী হি

ঈচেমগদি ইরোইননা হোল্লিবনি ঐখোইদি ;
পম্মুং য়েৌনবা ঐখোইগী হোল্লসিগো হৈ !
পুক্নচেন ঐখোই তিন্নসি ত্রাস্থা নৌগী মান্নসি
শক্তুনা ঈশৈ মুঙাইনা হোল্লসিগো হৈ !

হিনাউ শ্যাবনা কনানো ? হি হোনবনা কনানো ?
খ্যায়বনি মতম মতমগী ; অমত্তনি ঐখোইদি ।
পাঙ্গল থেগ্না হোল্লসি ! লয়থোগ্ পদি চোপ্লিগো !
লোইনা লিংজেল মান্নসি ! য়াম্না য়াঙ্না চৎলে হি !

হোল্লসিগো মুঙাইনা, মুঙাইনা ঈশৈ শক্তুনা
ইথৌশূবমুগ্ মুঙাইবা, মুঙাইবা করি লৈবাগে ?
ইথৌ শূবগী রাবদি মুঙাইবনি অরাবা !
রায় কৌবদা শোন্দনা হোল্লসিগো সে !

হি অসিদা ঐখোইগী তোংলি যাত্রী ময়ামমু
লৈরে লোইনা ঐখোইদা আশা পুন্সি মখোইগী ;
দায়িত্বসি পুরগা মায়থোং মকা লাম্নবু
সত্যনা মমজীং ওইহনা য়াঙ্না কম্নবু হোল্লসি ।

অরু অথেন কয়ানি ঐখোইগী শাংলবা খোংচত্তি
তোরৈ তোরৈ খুদিংগী হোংগনি সমস্যা ঐখোইগী ;
তম্না ঈচেল কয়ানি কল্লবা ইরৈ কয়ানি
ফিবা নাইদ্রে ঐখোইদি থৌনাগী মচা ঐখোইনি ।

হল্লরোইনে ঐখোইদি, ঐখোইদি অমুগ হল্লরোই
খাগ্‌লবস্‌ নোংথাংনা কুমগী নোংগী নোংলক্তা !
চংলিবা খোংচং লোমদনা ঐখোইদি অমুগ্‌ হল্লরোই
হৌরবস্‌ ঈথগ্না শীংলবস্‌ মুংশিংনা !

চংলো চংলো মুণ্ডাইনা ! চংলো মাঙ্‌দা রাকয়ৈও !
য়াওরে ঐখোই পুম্নমগ্‌ নংগী হকচাং মক্লুংদা !
হে রাকয়ৈ মুংশিবা ! কায়ফত্রবা রাকয়ৈও !
ওইনি ঐখোইগী অফবা ফরগদা নহাগ্‌না !

কায়বা কৌবা নাইরম্‌ লুপ্পা কৌবা লৈরম্‌
ওইম্‌ ওইবো নংগী জয় ! যুগ যুগতি খুঙ্গিংদা !
শগ্‌লসম্‌ পৃথীদা নংগী জয়গী ঈশৈবু
লেপ্পা কৌবা লৈত্তনা লীশিং লীশিং কবিনা !

---

# মীৎয়েং অনি

অয়ুক্তা নোংমা শরদকী
ফজবা পুক্রিং হূনদি,
পাইরকই চেক্লা অমনা
লৈচিনগী মফোণ মরক্তা ।

মুংশাগী সনা মচুনে
নাপীদা মণি থেংপনে।
লৈরাং শিঙ্গারৈ কেনরনে
অভিন্না শংবানবনে !

খয়া খয়বু পাইরকই
চেক্লাগী মপা খপ্পদি—
হৌখরবা মতমশিংগী
ওইখিদরবা কয়াগী।

পাংকী লাইজগীময়াইদা
ঈশিংগী লৈরাং মরক্তা
অমম্ভু চেক্লা য়াতারি
নাইতোম তাবা চেক্লানি—

পাংকী চেক্লাদি নাইতোমত্তা
খয় খয়দি পুক্লিংদা
লাকদৌরিবা মতমগী
ওইরকদবা কয়াগী।

শুম্দা পাইরিবা চেক্লাম্ভু
কৌরকই পাংকী চেক্লাবু—
"পাইমিন্নরসি চান্নরোই!
পাইখৎলগ্‌লো মরূপলোই"!

পাত্তা তারিবা চেক্লাম্ভু
কৌরকই শুমগী চেক্লাবু
"পাইধরগ্‌লো মরূপ হো!
পাত্তা তারসি পাইধরো"!

খুমলগই গুনগী চেল্লানা
"লৈরবদি পাংকী য়ায়দা
উয়োই পাল্লবা দৃষ্টিদি
মুংশিবা শরদ অয়ুকী"।

হুংলকই পাংকী চেল্লানা
"পাইরবদি নোংদোনথক্তা
কৃপা করম্না য়েংগনি
ফজবাসিবু অয়ুকী"?

গুনগী চেল্লানা অমুক খুম্—
"লাপ্প লাপ্পবা লম্খাং লম্
লৈচিন নোংফাইগী মুংশিলম্
য়েংমিন্নরসি পুগ্ হুলম্"!

পাত্তা ভারিবা চেল্লানা—
"য়েংমিন্নরসি লাগ্ওবা
লিল্লানা চোংপী থরোলৈ
ফুংজিংনা হাইবী থম্বালৈ!"

হুংলগ্ই নোংদোন চেল্লানা—
"লৈচিন নোংফাইগা জোয়রুনা
পুক্লিং হূদরা খোইনবু
হৌঘরবদি মতমদু?"

পাৎকী চেক্লানা শকলগ্ এ—
"লাকদৌরিবা মতমসে—
শেঙ্কাত্তনবু উবদি
য়েন্নিং হুল্লগ্‌লে আশাগী"

অন্দা পাইবা চেক্লাহুনা—
"ওইরম্বা য়াবা কয়ানা
ওইখিদনবু লোমখিবা
মুংশিখরেদা ওন্থোগ্‌না !"

শগ্ ই পাৎকী চেক্লাহু
"ওইরম্মোইদবা কয়াবু
হোৎনবত্তনা ওইহনখি
ঈফুৎনিদো মুঙাইবগী !"

শাংদানরকপা মরৈদি
মরূপ চেক্লা অনিগী
মায়গৈবু থুংনা শনখরে
শরদ্ ঋতুগী অয়ুকসে।

নামতা য়েংবা মীৎয়েংগী
মীৎয়েংগী পনথে রূপমগী
লোক্তুনা লৈক্লা অচুম্বা
ঊমিদে চেক্লা কনানা।

অচুম্বগীদি মচেৎপু
ওইনা উহ্নুনা মপুম্বু
মহৈ মহৈ য়েৎনঘিবা
লোইবা নাইঘিদে য়েৎনবা ।

মীৎয়েং অনিগী খেন্নবা
খল্লহুনা পুক্লিংদা
নোকখি মোমোন মুপা অমা
ফজবা পাৎকী ময়াদা ।

---

## কমলগীদমক ভেংথাবা

কোম্নুংদনে য়াইকোম্নুং কাঞ্জীমুংদা লৈকোম্নুং
কমল লৈত্রে তারহুনা
কপখি নোংমা কাঞ্জীনা ।

"কমল কমল কাঞ্জীকমল ! কবিলক্তগী মুংশিবা !
চীংমুং তান্না তেমশীংববু
তোগ্লেদকো কমল নংবু !"

কাঞ্জীগী খোঞ্জেল তারবোই মুজাগী পুক্লিং রারবোই
কপ্পদি লাকখি উরীরৈ
"কমল, কমলও !" ভেংথারৈ ।

চরৈ ফিদি কৌনবু শেং          মিত্তম্নু পিনা ঈরাচেল
শশী ধীরেন বীরেন্না
কপ্নবু লাকখি তফিংনা

লয়নগী লয়না কোয়ররে          লৈরাংগী খুজোগ্ চাইররে ;
কপ্পরে থাম্বা গুমদনা
কাঞ্চীবাসী ময়াম্না ।

কল্লকপদা হালেংদবা          কপ্লকপদদি ভুবন্না
কাঞ্চীগী নুংনা মহীচেল
শুন্নবু খাঙুলে উফুন্দা ।

লৈরাং-কোলোইনা কোলোইবী          কোলোইদ্-মুংশি মাধবী
লৈঙাংগী ফিদি খাওন্না
কপখি নূরানা লাপ্তগ্না ।

পাত্তা তাবা ঙান্নু থঙোং          শুন্দা পাইবা লাংমৈদোং
মরুপ কমল লৈত্তবগী
চিঙ্গাগ্ থিবা পোত্থাঘি ।

নম্বুল তুরেণ চন্দ্রনদী          কাঞ্চী লৈহাউ হৈবোগ্চীং
রাস মণ্ডলগী পুন্ত্রীনা
ছিক্লু কপখিএ মুংশিনা ।

তেল্লপা ফজবা পরেং          কমলনা কৎপা লৈপরেং
শিরক্কুমা গুকশমদা
ভেংথাঘি মৈত্তৈ লৈমনা ।

শংবৈরেমপাণ চন্দ্রমুখী, মালিকা কুন্দ মালতী,
মধুমতী কুন্দালৈ
অহিংগী লৈরাং থাবল্লে ;

জাতিপুষ্প নাগেশ্বর গোলাপ বকুল লবঙ্গ
কপলে লোইনা ময়াম অসি
অরোইবা খোংচত্তা কবিগী ।

চৎলো, চৎলো কাঞ্চীকমল কংজরুরো নবুঙো !
শিবা নাইদ সংসারহুদা
পোথারুরো মতম চুপ্পা ।

---

## কোলোই-মুংশি ভারত

লুপা লুহুপ্পা লৈতেংবা হিমালয়না ঙাকলিবা
লৈরি অমা মুংশি লম্ সভ্যতাগী পোক্লভম্ ;
লমদমসিগী কোলোইদি
কোলোই-মুংশি ভারতনি ।

থায়না থায়না অহুঙৈ অমম্ অঙান্ শিন্নঙৈ
বিশ্বামিত্র মমোমলোন শকুন্তলাগী গর্ভদা,
শাৎলকখিদো অমদি
দুষ্মন্তগী মপাম্বি ।

## কোলোই-মুংশি ভারত

ভরত কৌনা কোলোইঘি শকুন্তলা মপারি ;
ওইঘি ভরত পাঙ্গনবা মহারাজা রাজেশ্বর
পাগী পারেপ ফংলগা
পাক্লবা লৈবাগ্ অসিদা ।

ভারত হায়না কৌনঘি ভরতকীদি ধারাসি
ভাবতশিংনা পানবগী কোলোই ওইঘি লমদমগী ;
লমদমসিগী কোলোইদি
কোলোই-মুংশি ভারতনি ।

পোক্ল লৈবাগ্ ভারত হে ! মুংশিদগো নহাকসে ।
হিমালয়না পনঙাকই কংফান মায়গৈ অনিদি .
অশংবা মণি সমুদ্র
ভারি নংগী খুয়াদা ।

গঙ্গা যমুনা কাবেরী তাপ্তী কৃষ্ণা মহানদী
সিপ্রা বরাক নর্মদা গোদাবরী গোমতী
লুপাগী তারা ময়ামস্থু
লৈতেংলিদো নহাকপু ।

মহারাষ্ট্রী গুজরাতী অসমীয়া বঙ্গালী
তমিল তেলুগু কন্নাড় মলয়ালম্ মণিপুরী
সিন্ধী হিন্দী পঞ্জাবী
উড়িয়া উর্দু কশ্মীরী—

সংস্কৃত কোঙ্কনী নেপালী শকলি লোন ময়ামদা
নংগী জয়গী ঈশৈদি নংগী নচা ময়াম্মা ;
লমদমসিগী কোলোইদি
কোলোই-মুংশি ভারতনি।

পোক্ক লমদম্ ভারতলম্ মুংশি কোলোই মুংশিলম্
পুণ্য ভূমি ধন্যলম্ খল্ল খল্ল মুংশিলম্ !
লমদমসিগী কোলোইদি
কোলোই-মুংশি ভারতনি।

---

## মুণ্ডাইবা

কল্লকপগী থোঙ্গুজিন্দা মুংশি ভিক্ষা নিরুয়ে
লায়রবগী লনগৈদা সনা নিগে চংলুরে।
অহুক থীনা চৈরক্কে ; নিগে চংপা মুণ্ডাইবা
তাইবং মীগী থোঙ্গুজিন্দা চৈরকইদা ওঙ্খোগ্‌না।
নিরম্মুদো হৌজিক্তি মুণ্ডাইবগী ভিক্ষারী !
নিদবদি ঙমদ্রগা নিরো য়ুমদা নহাকী !
সংসারসিবু শুমলগা মুণ্ডাইগনি থনবশা !
মঙ্গোম লৌবা হৈখরা মরাউদগী শুমহুনা ?
ফংদবহু কনানা কনানমু ফংলরোই
তাম্মুনমু ফংদবহু তাম্মুহুনা কাম্মরোই।

পৃথ্বী থুংনা কোয়রুরে খুত্তা মৈরা পায়রুনা
লৈত্রা হায়না থিরুরে মুঙাইবদো পৃথ্বীদা।
মুঙাইনিংবা লৈরম্মি মালেম পৃথ্বী থুংনবু
মুঙাইবদি লৈরমদে মালেমসিদা কয়াবু।
মুঙাইনিংবা ময়াম্মা কোয়তান তাল্লি ফংনবা
মুঙাইবগী মসিন্থু ওইরবোই নিংনা মুঙাইবা।
মুঙাইনিংবা অশিংবা! পুক্লিং পেল্লা তালহৌঘো
ফানবহু মরীচিকা মরুথুংনা চেলহৌঘো।
মুঙাইববু তানবসিদা ফংদবনি মুঙাইবা
মুঙাইবনা তাল্লরুবা চৎলে ঐদি ইথৌ শূবা।

# অমর স্মৃতি

হৌরকইনে ঙসি, করিননো খন্থহৌদে
নিংশিংবগী ঈপোয়া ঐহাক্কী পুক্লিং ঈপাকসে।
কবি! কবি! চাউবা কবি কবিলক্কগী মুংশিবা!
হৌরি ঙসি করিগী নহাক্কী স্মৃতি ইপোয়া?
নিংথম্বা ঋতু হল্লুবা উনগী পোরুসু ভোরবা
চেনঘরেদো মায়থীহুনা ঋতু নিংথৌগী মমাঙদা।
হঙ্গাম পান্থীগী মপান্না সনাগীদি মুংশাদা
সনাগী খুদা থাঘরে ঋতুগী নিংথৌ ওরুবা।
হুরাই উরিগী শম্বন্দা মুংশিবা মপাল মপালদা
অনৌবা ঋতু নিংথৌগী শগ্লিএ গুণবু খোইমুনা।
চুপ্রে হৈখা হৈনৌশিংনা নবাব চন্দ্রা পান্দেলনা

অনৌবা মপাণ চিল্লতুনা ওক্লি বসন্ত লাকপদা।
অরেম্বনি বসন্ত হে! য়েকপিনবদি লৈত্রেদো
কবিগী কলম প্ায়তুনা নংগী ফজবা মায়থোংদো!

( ২ )

শাৎলগ্লেদো লৈবাগ্লৈ ওলাংবা ঋতু লাগ্লগা
লৈরয়োইদো ইবিনবা কবি চাউবা লৈত্রবদা।
কালেনগী তেম্পাক অকনবা করি খুৎলাইনা থিনগায়বা?
হংলম্বা রাহং নহারা হংলয়োইদকো কনানা।
মেলৈ লৈম্নাদি সুংজুম্পান কদাম্বনদি ফৈরাদা
লৈকা ফন্নদি নোল্লগ্লে ওলাংবা ঋতু লাকপদা।
মালিকা কুন্দ মালতী নাগেশ্বর কেতকী
উগী থম্বাল উথম্বাল-ওলাংথাদা শাৎলগ্লি।
অতুবু ঙসি লৈরাংশা! য়েংলি কনা চিংনা চিংনা?
লৈত্রে ঐখোইগী ইরক্তা, চাউবদো কবি নোল্লুকপা!
খোংলগ্লেদো তিঙ্গোংকাঙ্গোং, পাইনা প্াইনা পাখোং চন্না
হায়রিবরা কালেন তেম্পাক নত্তরগা তেখাউ বামোন?
কবি! কবি! চাউবা কবি! সোরবোন কোকিল খোম্নোবা!
নিংশিংলগ্ই হন্না হন্না ওলাংবা ঋতু অসিদা।

( ৩ )

ঋতু বরিষা য়োরগ্লে ইঙা ইঙেন কপা কপা;
শারগ্লে জগোই নোংথাংনা ফুইনা হৌরবা নোংলক্তা।
কুমগী নোংখোং তোয়রগলে লুম্নবা খোম্না নিনঘরে
কিজরবী পৃথিবীদি প্রগ্ প্রগ্ নিগ্না খাঙলগ্লে।

নুংশিং নিংথৌ অকনবা মাগী খোংলোই হুক্ফ্গা
অকনবা লাঙ্গাউ থেংনরে উজাউ পামেল কয়াগা।
নোং চুদবা অঁয়ুক্তা ফজবা মঙান্দা অয়ুকী
জগোই শানবু ঈয়ায়দা নোগ্লি থম্বাল লৈনুংশি।
থম্বাল কৌবী শকহেনবী! লৈরাংগী মায়থোং ফজবা
থাঙ্গৎলকপা মায়থোংনো কনাবু য়েংগে নিংজনা?
লৈত্রেনে কবি চাউবদি নঙগী চান্নবা মরুপ্তি
কনা য়েংলগা লৈরাংনা, তরগ্না পুন্সি লেনগনি?
ঙাইঘো অঁতুবু লৈরাংও! মুমিংনা খাদা লৈতরি;
ঋতু বরিষা মতমদা ওন্মরোই চাউবা কাউবদি।

( ৪ )

লাগ্লে শরদ ঋতুদি ঈশিংনা মতোম লূরগ্লে!
শীংনাংনা মপাণ শারগ্লে লৈচিন্না মফোণ পাইরগ্লে।
হৈরাংনা মহী চেল্লগ্লে লৈরাং শিঙ্গারৈ শাৎলগ্লে,
খম্ব্রাংচাগ্সু পাইরগ্লে পাত্তনা থরো নোকলগ্লে।
শরদ্কী থাবল উরগা ঙাওরম্বা কবি চাউবদো
লৈত্রে ঐখোইগী ঈরক্তা মুংশিরকইদা কবিদো!
শরদ্কী থাবল থোক্লমু! থাবলদা থরো নোক্লমু!
খোয়না চেনবী তুরেণসু খেক্লা খোয়না চেল্লমু!
লৈত্রে ওসি কবি লৈত্রে অহিংদা কোম্নবা কবিদো
তাংথগ্ নাইদ্রবা থাবন্দা রাখলনা ইপোম হৌবদো।
সোরবোন থিঙ্গুঙমগী কুঞ্জদা কোকিল কয়া তেমশীংবা
চাউবা চেক্লা খোন্নোবা নিঙমদেদকো ওন্থোগ্না!
শরদ্ ঋতুগী মতমদা মহৌশা দৃশ্য উবদি ...!
ওন্মরোই, ঐখোই ওন্মরোই, কবি চাউবনু কাউবদি।

( ৫ )

কুমগীনা মতম ওইবনা লাগ্লে ঋতু হেমন্ত
লৈচিন থুপ্প্ থারহুনা অরুম্বা ফিবু ইল্লহুনা।
পাল্লবা খারী লবুগ্থগ্ লৌমীগী তেঙ্গোল তিল্লরে
সনা ফৌগীদি ফৌখোংদা থাঙ্গোলনা নোংথাং কুপ্পগ্লে।
চীংজিন চুপ্পা শূরকপা শূবগী গহৈ য়াম্লরে
মপৈ-চক্কনা উতোন লোম্ ফৌনা চীংছুম ওইঘরে।
থাবন ফরবা অহিংদা, অহিংগী তাংলৌনা থেঙ্
তারি লিগ্লানা মালেমথগ্ তপ্পগী তপ্পা তপ্ তপ্।
থাবন্দা তুপ্লিবা পামেলগী লিগ্লানা চোংলবা উনাদা
থাবলগী মণ্ডাল থেংখরে, চেপ্পা য়েংলিয়ে থাজনা।
হিয়াঙ্গৈ তুরেণ তনাপ্পী লেপ্পা লৈতনা চেনঘরো!
সমুদ্র লাইজ নিংথৌদা চাউবা লৈতরে তম্মুরো!
ফজবা ঋতু হেমন্ত! উরগা নংগী শকফমসে
কবি কায়নবা বেদনা নৌনবু অমুগ্ হৌরক্লে।

( ৬ )

লেপ্পা কৌবা লৈতনা তন্তনা চৎপা ঘড়ীগুম্
ঙকইএ ঐনা পৃথিবী সুমিৎপু কোয়বী চক্রগুম্!
হেমন্ত ঋতু হৌঘরে নিংথম্বা ঋতু থুংলরে
মপুনা শেম্বা লৈকোন্দা শিঙ্গেন লৈরাং খয়ক্লে।
রাকচীং থাগী মাকমৈগী শাৎলিঙ্গী গুলাপ মুংশিবী!
নমাম্নবীসু য়াওদরে, শাৎলি নতোমদা করিগী?
ইচিন ইনাউ, ইজিল ইপ্ৰা, মরূপ মপাং খঙ্গন চাম্না

কেনঘি ওইনা মথং মথং রাকচীংথাগী লৈরাংগুম্না !
তোৎন তোয়রবা তাইবংগী পাগ্লম্বা লীলা মথদা
নাইতোম উৎলকপা অভিনয় রানা থুমভ্রেদা ওম্থোগ্না !
জগৎকী মহা নির্দেশক ! ইঙ্গঘিবা নংগী শিস্থা
থম্বিয়ু ঐখোইগী চাউবা, চরণগী নাক্তা লেঙ্দনা।
খুদিংমক্তা ঋতু ঋতু, কাউবা লৈতে চাউবা কবি
লৈরিমখৈ ঐখোইগী লোন, লৈবগনি অমব স্মৃতি।

---

## বসন্তগী লৈরাং অমদা

উনখানদি তাবদা
নোংলৈনদি হুম্বদা,
সংসার থুংনা লৈঘিবা
অরাবা মাগী মায়থোংদা
মুঙাইবা উঘি নহাক্লা।

ঋতু নিংথৌ থোগল্লোয়
খোইমু মপৈ লাকপদা
মুঙাইবা কৌবী মহাক্লা
সংসার থম্লা লৈবদা
পুক্লিংবু ফারি নহাক্লা।

চীক্লবদি চীংয়াদা
শীঙেল নাইতোম শাৎলিবী।
নংগী জীবন উরগা
লৈরাং লৈদি ন্নিংথিবী !
থাগত্তবা ওমদেদো।

নশাগী মপু ওইরবী!
কুন্ডল পাঙ্গল চাউরবী!
পাঙ্গলবনা মপু শিন্থা,
লৈরাং পুন্সি লোম্বদা
নংদি মাবু কংঙনি।

মীনা খঙ্বা ওমত্রবা
ওমগনি হায়বস্নু উত্রবা
শকউদবা ইবুঙো।
নিজগে ওসি ননাইনা
ঐবু শেম্মকপা মরম্না।

অরাবনে মুঙাইবা থাগৎপনে তাথীবা
মল্লিনা হোংবা ওমদবা
কম্বানগী মরিক কংজগে।
নংগী শিন্থা পাঙ্বদা
নত্তেং কংবা ওমজগে।

অমম্বা সন্ধ্যা লাকপদা
পৃথীদা জগোই শারমগে
বিদায় সঙ্গীত শক্লমগে;
ঐগী হৌরকফম নঙোন্দা
অমুক তিন্নবা ওমজগে।

---

# নুংদাংব়াইরমগী ব়ারী

য়াচংবগী মতমনি অমম্বনা কুপ্লবা
থুঙ্গংগীদি লম্বীনি লবুক ফাওনা চৎলিবা।
তুংদা য়েংঙি লাপহৌরে লাল্লক্লবা থুঙ্গংদো
মাঙদা লৈবা খুনসিংসু য়োগদবা ব়াংলিদো।
নাক য়েত্তা য়েংবদসু লম্মাং ঙাক্তা ঙাইঘরে
মতমনগা থেংলকপনা মীসু কয়া চত্তরে।
তরেৎশুবা খোম্থাংনা অরাপ্পদা কনানা
মচামুপা কৌরম্মি অমম্বগী মরক্তা।
মাঙগী তাইরেণ উনারক পিকতক লাক্লক হৌরিবা
লয়না লয়না পাইরম্মি লাঙঙুবী মপৈনা।

"লাকও চৎসি ইচেহল থেঙঘরেনে ইচেহল!
লাপ্পবদি ইথুম্লিনে কন্না চৎসি ইচেহল"
"লাকএ চংলো ইবেম্মা, লাকএ লাকএ চৎখৎলো
অহিং তাংলৌ থেঙব্রিঙৈদা য়োহৌরসি ইয়ুমদো"।
অসি ব়াবু হায়রক্তুনা কৈথেন মুবী অনিনা
তুংথা মাঙথা চৎলম্মি খোংথাং কন্না থাংদুনা।
ঐসু কন্না চৎলদুনা মাখোইগী মতুং ইল্লম্মি
মখোইনা শাবা ব়ারীদুসু থরাই য়াওনা তারম্মি।
মতৌ অসুম তৌরদুনা অমম্বগী মরক্তা
তুংথা মাঙথা চৎলম্মি কৈথেন মুবী অনিগা।

থরগী লমদম চৎলগা তুংদা চৎপী মুপীনা—
'ভাইবং মীওই' পানবদি অসিনিদো ইবেম্মা!

আশা চাউনা তৌরন্থনা লুকমাই কোক্তা হাপ্লন্থনা
সনা কৈথেন কাবনিদো ইচিন ইনাউ অনিনা।
পোৎ য়ান্না শিৎলকে অচা অথক লৈরকে
অসি নিংনা কারকপদি খুলামথাবু কৌদরে।
আশা চাউনা কারকপা আশা ময়োন তেক্লেল্লা।
নোক্লা নোক্লা কারকপা ব্লানা ব্লানা কুম্মেল্লো।
অব্লাবা পুন্সি লেন্নবা তাইবং মীনা হায়বনি
ব্রহ্মামক্লা পোকওমদবা মীওইবগী মপোগ্‌নি"।

ব্লারী অসি তারুন্থনা অমম্বগী মরক্তা
ঐনা ইতোম খল্লম্মি চৎনা চৎনা লম্বীদা—
"অসিনিদা য়েংজোদো আশা চাউবা মুপাও!
থম্মোই কায়না শিনবরা ব্লাংনা আশা তৌবদো?
উতোন তম্না কাপ্তবব্‌ লিরুং পায়বা কনামো?
উয়াই য়ৌনা হাইগৎপদি কযাদগী তাঙ্‌বনো!
শানিংবতা শাবা য়াবা লৈখোম নম্ত্রে খঙ্‌বরনে
আশা চাউবা মুপাও সংসার হায়না কৌবসে?
নুংনা শাবা সংসারসিবু মওং শেমগে খোরাংবা
পাঙ্গল লোইনা কেমহন্নগা নিংবা কায়না শিগেরা?"

ঐনা অসি খল্লন্থনা তাংজ লৈদা লুরুন্থনা
খোংথাং কল্লা চৎলম্মি কৈথেন মুরী অনিগা।
খন্না খন্না চাৎলম্মি মখোইগী মৈরা মন্দা
চৎনা চংনা খল্লকই মখা অমুক ইতোমদা—
"চেকশিন্নুকো মুপাও লৈব্লাগ শেমগে লাক্কবা!
থরাই মাঙ্‌না তোকনিক্লো শেমকাব্রিকৈ মতেমদা!

ময়ামগীনি হায়রহুনা হোৎপা মথৈ হোৎনবদো
ফজুবদা তারনিকো মমৈথংদা য়েংঙু কো।
হোৎনবনা নথোঁদাং চৈবিবনা মনা ওই
পাঙ্গল থেক্লা হোৎনরগা অরাবতা নংনিকো"।

লেংদা ছাত্তিন থোংলহুনা খবগী লমদম চৎলকখি
মখোইগী মতুং ইন্না ইন্না ঐনা অমুগ্ খল্লকখি—
"হোৎনৌ হোৎনৌ হনফদে আশা চাউবা মুপা হে!
হোৎনবনা লেপ্পনি তাইবং মীগী মমন্দে।
তৌগে নিংবা শংবাইনি পাঙ্থোকপনা মেরুকনি
অহু লখা ওইহুনমু হোৎনবনা থোঁদাংনি।
য়ান্দরমু খবক মহে, ঙম্বা মথৈ তৌরগা
ইরাণ নত্তে মহুদি; করিগীবু রাগবা?
ইথৌ তৌগে পোকপন্নিনে মিংচৎ তানবা নত্তেনে
অরাবদা তাবরমু করি রাজম লৈবগে?"

পাক্লবা খুংশেম মপুগী, অঙকপদি লীলানি
মতম অসিমক্তুদা মুংগী খোঞ্জেল তারকখি—
"মথৌদাংগীদমক্তা, আশা চাউবা মুপাও!
থরায মাঙ্বা ফংঘিরদি য়াইফল্লনি মহাক্তো।
থাগৎপম্মু পামজুদা হাংলবমু কিরুদা
ফিদমভুমনি মহাক্তো মথৌ তৌনা শিঘিবা"।
খুঙ্গংগী লম্বী উফুন চেন, লাংঙ্মুবী কোইপাই পাই
মুংশিৎনমু লিল্লি হুম, শুল্লাং শল্লাং ঙাই চাই—
মুংগী রাবু তারহুনা অনৌবা আশা ফংলহুনা
লাক্লনা খোংকাপ কাল্লম্মি নিক্লবা মৈরা মঙান্দা।

# কনবনিকো চেকশিল্লু

মপুগী সৃষ্টি য়াইকোম্নুং
য়াইকোম্নুংদা পল্লীমুং
পল্লী শেমগে হায়নবু
লাকচরম্মি ঐহাকস্নু।

লৈখোমগীনি মনিংঙি
লাম্না লৈবা পল্লীদু ;
থরনদি মতাকই
কনবনিকো চেকশিল্লু।

লায়না মওং শেমগনি
নোক্না লাকই ঐহাকস্নু ;
থরনদি মহায়খি
"কনবনিকো চেকশিল্লু"।

খুৎনা শেমগে লাকপদি
নুংনা শাবা ওইরমলে ;
লায়রমগনি থনবদি
লুগদোরে থঙ্লকলে।

ভুম্বা ছিম্না চাবা থকপা
লোইনা ঐনা কাউথোকলে ;
খুৎলাই নুংথং পায়রম্নুনা
পাজল থেরুবু হোৎনরে।

খরনম্ম মহায়রে
"হায়গীনা কত্তরা ?"
নোক্লবম্ম ময়াওরে
"মুঙাইদকো অশিংবা !"

হোৎনবনা শিয়াংনি
চৈবিবনা মনা ওই ;
ইতোমদা ঐনা নোংমদি
কপ্পি কায়তুনা থম্মোই।

রাবনদি পন্দোমলোম
য়ারক্লবা শেম্বম্ম ;
নিংশিংলকথি রাহৈদো
"কনবনিকো চেকশিল্লু !"

তুংদা লাকপা ময়ামশিং !
লৌত্রবম্ম মতোকউ ;
মরাউরমগে ঐহাক্তি
"কনবনিকো চেকশিল্লু !"

---

# অয়ুক

হৌরক্লি ঙসি, মুঙাইবা ঈথগ্না, পুন্সিগী অরাবা ঈপাক্তা
লংনা থোক্লবা, অনৌবা ময়মিংকী, মেংলবা মঙাল্লা য়ৈবদা ॥
উনাগী মতোন্দা, পক্লিবা লিক্লাদা, অয়ুকী মঙান য়ৈরক্লি
অয়াম্বা মচুগী, তাঙ্লবা মণিনা, উদা থেংপঙম নিংথিরি ॥
উনাগী মরক্তা, লিক্লানা চোৎলবা নৈগী মপৈনা শাৎকাইরে

লৈপাম্বা খোইমুনা লৈহিগীদমক্তা লৈরাং তম্নাং পাইরক্লে ।।
অঙৌবা লৈকাদা অমুবা খোইমুনা, কয়াগী মতিক নিংথিব ।
মখোইনা ঙংবদা থোরকপা খোঙ্গেন্দো, নাকোংদা কয়াদা মুংশিব ।
তপ্পা শিংলবা মলয়া মুংশিংনা পামেলগী উশাদা য়ৈবদা
উনাদা পরুম্বা মনিগী মপৈন্না, তপ্পা তপ্পা কেল্লকপা !

---

## মাইরেণ মপাণ

বরিষানা লোইরমদাই, শরদকীনা হোৌরমদাই
তুবেন্না লূনা চেল্লমদাই, হৈরাংনা মছিন ফরমদাই
নোংমা চংঘি মুজা অমা পুথ্রী মপ্যান ইংখোন্দা ।

তক তহেন পুথ্রীগী ফুগাইনা শাৎপী থম্বাল্লে
লিক্লানা চোৎলবা অয়ুক্কী নোনা শাৎপী তখেল্লে
অনৌবা লৈরাং মরক্তা খোইমুনা মপৈ পাইবা কাল !

কদম পামেল ফৈবাথগ্ ; বকুল পামেল উনাগগ্
য়েংলু য়েংলুবা মফমদা চেক্লানা থাব্রাং তোংবা কাল !
মুংশিংনা লিরি হুম্বদা মুজাগী শম্নাং চোইজাই তা ।

মাইরেন্না মপাণ শারম্মি সনা মনিবা মুংশাদা
উরীনা চেৎনা য়েংলম্মি মনা পুৎবা হৈনৌদা ;
মুংশিংকী ইপোম খুদিংদা লিক্লানা মরীক কেল্লকপা !

খম্ভাংচাগ্না লাকলমদাই শিংনাংনা মপান শারমদাই
শরদ ঋতু হৌরমদাই লৈচিল্লা মফোন পাইরমদাই
নিংশিংলকখি মপুরোইবা লমদম তাম্না লৈখিবা।

রাগী বন্দা য়াহিপ্পী নোঙ্গৌবীসু থোরগ্‌ই
হৈনৌগী বন্দা চাগ্‌তাবী তেনরাসু পাইরগ্‌ই
চেল্লা লাবা য়েত্তা থম্ মোম্‌ পোম্বী ওইদা থং।

নুজা মাদা হৌজিক্তি মপুরোইবগা কায়নবা !
মোম্‌ মাদা হৌজিক্তি মপুরোইবনা কন্দবা !
নুজা করি খল্লুবা ? মাইরেন মপান হেকথরে।

থারম্মি মপুরোইবনা লাপ্না লংফৈ চৎলমদাই
মীৎলু-লাইজনা ঈরাচেল, নুজা মানা য়েংহৌই ;
নুজা করি খল্লুবা ? মাইরেন মপান চিনঘরে।

ইংখোন্দগী থোরগ্‌ই মাইরেন মপান চিল্লগা
নুজা অত্থু লায়রবী কাওনা কাইদ চৎপগুম্ ;
গুমাংদা বিনো লেপ্লম্মি সনানা মচা তেকথনা।

কাওই লৈকাই অথুদা বিনো হায়বী নুপীসি
সনানা মপান শারবী নচা ওইবী শগ্‌হেনবী ;
লমচত্তনি চুমদবা নুপাশিংগী মীৎয়েংভম্।

করিনো ওসিদি ! লুপা লিংবী বিনোছু,
মপুরোইবনা থারম্মা মাইরেন মপান চিল্লিবী
ইকাইজখি লায়রবীবু ; ওইজনিংখি নুজা মাবু।

লম্মাঙ্নরবী চেক্লাগুম মপান নাইদবা নোংদোন্দা
লম্মুকনরবী শঙ্কীগুম শূগ্লবা বনগী মমুংদা
লম্মাঙ্নরে খঙ্লগ্লে ইনাগ্খুনবী খিনোদো।

সনানা মপাণ শাবদি মুংশিবা মহয় য়ান্দরে
ইবাংনা থনবা পুন্সিদি হাঙ্বা মপান নাইদরে;
ও:! লোইনা পুমহাঙ্ হাঙ্লবা! হিগ্না কপ্লে বিনে দো।

---

# কৌরি ঐবু ইথোনা

তারি নোংনা ঝিরি ঝিরি
বরিষাগী অহিংসি!
চংকনি ঐনা অহুবু
য়ৌনবদি লমদমহু;
লাকনি হায়ঘি ঐহাগ্না
ইচীনসিনা মখোইদা।

লাপ্নি লাপ্নি পঙ্কুং অহু
লমদম তাম্না লৈবহু;
লাপকে মখে লাপসনু
অপনবসু য়ামসনু;
চংকনি ঐনা লেংগনা
য়ৌগনি ঐনা শোরনা।

কালেন থাগীনা নুংশালগ্‌
খান্বী সড়ক য়াংবীথগ্‌
চৎলিএ ঐনা মুঙাইনা
ইথৌ ঐগী তৌনবা ;
ইংঘরেদা নুংশা অসি
থাবলগুম্না শরদকী !

লম্বীদনবু চুমলবা
চৎপদগা লেপ্‌ত্রবা—
য়ৌবোই পন্থুং করিগী ?
মানি স্বতঃসিদ্ধনি !
মানি ঐগী লমজীং মৈরা
থন্নাই তানা লেপ্লবা !

হকচাংসু মচেৎ তাবা য়াই
থরায় প্রাণসু মাঙ্‌বা য়াই,
হায়ত্রবা ম্নাকম্‌ ঙাক্কনি
ইথৌ লেপ্পা তৌগনি ;
মসিনি ঐগী নীতিদি
ঐনা ভোগে লেপ্লদি।

থমজদে ঐগী সাক্ষীদি
থবগ্‌ তৌখি হায়বগী ;
লৈত্তে সাক্ষীগী কাল্লবা
লোইরে থবগ্‌ শাঙ্‌ত্রগা
মসিনি ঐগী থাজবা
মসিনি ঐবা চঙ্কবা।

থবগ্ তমগ্ লৈহৌরো
পাঙ্দবা ঐনা ভৌবদো ;
ভৌহৌসন্নু তাইবং সেবা
ঐগী ইচুং শিন্দুনা ;
কাউদ্রো ঐগী কোলোইদি
খ্বাথেবা মুমিত্তা মৈতানগী।

"অপনবদি পূন্নমগ্
লাম্থোক্তুনা লোইনমগ্
লেপ্পা লৈতনা চংলগ্উ
লেপ্পা পম্থং য়ৌরগ্উ"
অসি হায়না তম্ভুনা
কৌরি ঐবু ইথৌনা

---

# ইঘিদ্রবী কবিতা

পাল্লবা লবুগ্ ময়ায়নি, থেঙ্লবা অহিং মতমনি
নোংনা লাংকপ তাল্লগ্লি লুপা মাল্লবা থাবলনি।
অহিংনা ইচিগ্ হুল্লবা অমুগ্ চীগ্লবা লম্মাংদা
কপলিবা নূরা অমনা! ফজনা ফিজেৎ লৈতেংনা!

"কনানোনে নহাগ্পু কম্বিগীংনা কম্বু
থাবল্লক্কা নভোমদা অমুগ মেঙ্লবা অহিংদা"?
হংই ঐনা অম্মুনা খুমদে মাদি করিছু
য়েংবদা য়েংই মুংশিনা, লুগ্থৈ মায়থোং অমুগ মু।

হুংশিৎনা লিরি ছম্বনে থাবল্লৈগী মন্নমনে
ফিগে ফিনে চাদরনে, সনাগী খুজী নাইল্লে ;
খড়ুদে ঐদি কনানো খড়ুনথিদ্রি অমুক্তা
মীরা নত্রগা লাইবেগী, মায়া নত্রগা অওইবা ?

মীচ্চিনা শরদ্-থারিগ্থা, পিশুম্না লীরুং কাজলগী
নুরাগী য়াগী মঙালনা থাবল মঙাল শরদ্কী ;
খোইখোইবদি শম্নাংদি ফুইরবা নোংহৌ ইঙেনগী—
অমুগ্ পাগ্লবা লম্মাংদা অদুবু মতোম্' করিগী ?

"করিগী লৈরি নতোমদা, হিক্কা কপ্লি করিগী ?
ঐঙোন্দবু খঙ্নদবা য়েংলি মরম করিগী ?
করম্না লাগ্ই কনাগা অমুগ তাম্নবা লম্মাংদা ?"
হংই ঐনা নুরাদা চিংনা য়েংনা মঙোন্দা ।

কপ্পা খুমই মহাগ্না কোকিলগী স্বরবু ঙমজনা
তাথিদে মহু কনানসু ঐদং নত্তনা অহিংদা
"নত্তে ঐদি লাইরেম্বী ; নত্তে ঐদি তাইবং মী ;
লাইবগ্ থীবী ঐহাগ্নি পোকহৌদনা লোমথিবী ।

ওইবা য়ানা লৈরম্মি, ওইবমক্তি ওইথিদে ;
ওইরকখিদ্রা খল্লম্মি কুইনসু রানা ঙাইরমলে ;
শরদ-পূর্ণিমা ইশক্নি, কোক্কিলগী স্বরনা য়ারানি
কালেন থাগী কেতুকী নুরা ঐহাকী কুচুনি ।

ঐনা থাজরা তাম্বানি বসন্তগী নোংখোংদো
ঐনা গাম্মজবা শাথেগ্নি লুপাকী অরা তুরেণদো ।

নহাগ্‌না ইগে ভোৎসবী ভাইজরবী টরক্‌খিল্লা,
ঐনি অহু লাইবগ্‌থীবী ইথিল্লবী কবিতা"।

কপথি অহিংগী থাজনা রারী অসিবু তারগা
কপথি অয়াম্না চীংশাংস্থু লৈচিল্লা মায়থোং কুপ্‌তুনা
কপথিএ উপাল রাপালস্থু তুমিল্লা লেঁপ্পুনা চপ্‌ চপ্‌
শিক্কথি মীৎলুগী লাইজ, চীগ্‌লবা অহিংদা তপ্‌ তপ্‌।

নত্তরে মসি ভাইথংদি; মঙ্‌লানমকস্থু মানফাত্তে
উইথিল্লা ঐবু ভাইহাক্কং? ঐদি মহুস্থু খঙ্‌হৌদ্রে,
মওন মওন্দি খল্লগ্‌ই ঐগী কারগী মন্নুংদা
খল্লা খল্লা হল্লগ্‌লে জ্রাইভরগী তুংদা ফমহুনা।

---

# স্বপ্ন দর্শন

"কল্লিবা কার্ত্তা করিগী? ফাবিনি ঐনা শামুহু
ইমুং ভাল্লগা হয়েংগী তেখাউম্বী শামু পিশক্কু"।
হায়থি অসুম্না ভগবান্‌ সনা ফীগে প্রোল্লহুনা,
রাহোংগী চূড়া চেপলপ্‌না ভ্যাগ্যচন্দ্রগী সোপ্লোন্দা।
ধ্রুব নারদ প্রহ্লাদ যোগীশিংনা মুনীন্দ্র
ফংওমদ্রবা দরশন্‌ ফংলে মওদা ভাগ্যচন্দ্র।
মনাই চাউরগা কুভাইবা ভক্তবৎসল গোবিন্দ
তাকপিঁ মখাগী অনুম্না কোকিল "কোটিবু ভজনা—

"ঐহাক্কী রূপসে য়েংহৌরো লুগুন্না পাদম তমহৌরো
অনৌবা নোংহৌ ওম্জবা কুচু ঐহাক্কী য়েংহৌরো।
সনা ফীগে পীতাম্বর গুজানা মাঙ্দা তাবসে
রাহোং মতুগী চূড়াস্থ কাউদনবা য়েংলোসে।
ঐনা লেপলিবা ফিরেপসে ত্রিভঙ্গী ভঙ্গিমা
য়েংলো নংনা ভাগ্যচন্দ্র কাউদনবা নিংথিনা।
ঐনা খোংলিবা বেণুসি বেণুগী মপায় খঙ্ছোরো
ঐগী মুংশিবা মুরলী, মুরলী নাদ তাহৌরো।
হল্লগা সনা লৈবাক্কা ফম্লগা নংগী সিংহাসন
তৌগো কারতা শোয়দনা মুরুতি ঐগী নিরূপণ"।

মমাংঙৈগীদি রারীনি ইঙ্গরিবা পরেংসি
পাথাং কোরুদি লীরম্মি মুংশিরবা রারীসি।
থাইনঙৈদা অহুঙৈ দ্বাপর যুগনা লোইরমদ্রাই
মহাভারতকী মতমদা কলিযুগকীনা হৌরমদাই—
যুধিষ্ঠীরদি নিংথৌরেণ অথোইবা ব্রাহ্মণ-ক্ষিজেংনা
থুপখি থাবুম তরানিথোই বিরাট নিংথৌগী মরুমদা ;
মতুগী মতৌ হাইফেং ওই, লৈঘি নিংথৌরেণ কার্ত্তানা
রাজেশ্বরগী মরুম্ থুপ মতম খরদং তেথাউদা।
মতৌদি অস্থম লৈরিঙৈ চিংনরগ্ খিয়ে রাজেশ্বর
অওইবরা ঙ্গুপাসিবু মোগলু রাজ রাজেশ্বর।
অরেপ্পা লেপ্পা খঙ্লগে শামু ফারো হায়রগে
স্বর্গদেব রাজেশ্বর চেৎনা পুক্লিংদা লেপখরে।
মীনা চোরদি তিনঘরে রাজ সভাদা তেথাউগী
লোইনদি ওম্মা ওঘরে অওম্বদি পাত্র মন্ত্রী।

"মণিপুর নিংথৌ লাইনিংথৌ! কাবিন্থু শামু ঐথোইগী
হয়েংগী কোরৌ মুমিত্তা" আদেশ পিরগ্লে নিংথৌগী।
অসিগী তুংদা কার্ত্তানা ফংখিবা কৃপা সোপোন্দা
লীজরে মন্থু মথক্তা পরেং তন্নাগা নিপান্দা।

লেঙ্ব্রবদা গোবিন্দনা থোগ্লে মিকপ কারতানা
কপচরগ্ই হিগ্না হিগনা প্রেম্না অঙাওবা ওইহুনা।
ভাইবং ওইরবোই নিংজকুই মবুঙোদি লৈরমদা
গোবিন্দগী পাদচিহ্ন থিজরকই কপ্না কপ্না।
উত্রবদা পাদচিহ্ন তুযরে থক্তা লৈমাইগী
লৈত্রে মন্থুদা তাহুনা, য়াওদনা জ্ঞান্দি মপানগী।
লাগ্লবদা জ্ঞান অমুগ্ খোঞ্জেল রাংনা কপ্লগ্লে
"তোল্লিদা! তোল্লি জয়সিংহ। গোবিন্দ দর্শন ফংদরে!"
ঙাইহাক্কী মতম লৈরগা হায়রগ্ই কার্ত্তা নিংথৌরেণ
ওইনবু তপ্না স্বগত "ঙকইদা মতমগী ঈচেন!
ঐখোইনা হেল্লম্বা অরা, হেনত্রে হৌজিক্তি মখোইনা
অফবা থুংলাই পারবদা কল্লবা মতমগী ঈচেন্না!
ফারগে শামু লেপ্পমগ্ গোবিন্দ কৃপা য়েংলগে
মতেং লৌরগে তেখাউগী অরাবু লেপ্না তাম্থোকে।
য়োৌরবদা সনা লৈবাগ্ হুঞ্জিল্লবদা সিংহাসন
তৌরগে লেপ্না শোয়দনা শ্রীগোবিন্দগী শ্রীচরণ"।
ওইরগ্লে অহিংগী মতৈ, উনা [illegible] অস্থম অস্থম
তারগলে নোংমদোন জিল্লা, ভন্নগী ভপ্না তপ্ তপ্।

---

# তেখাউ শামু ফাবা

লাইরেন লাবনা য়াওল্লে হুইথৌ লাবনা চিফেংলে
চিংখৈগী ফিহুপ অহুম্না নোংপোক্কী মাইগৈ ঙাল্লগ্লে।
অঙাংবা থম্বাল ঙম্জবী নুবাগী মাইথোং থম্বালনা
চিংখৈ-কোলোই লাইরেম্বী ফাওরগ্লে নোংপোগ চিংখৈদা।
ঙাঙ্নবা মঙালসিনা, নুরাগী মায়থোং থম্বালগী
খিগ্লে অমৃত অনৌবা জীব খুদিংদা পৃথ্বীগী।
শগ্লিএ ঈশৈ চেল্লাশিং তেখাউগী পামেল ফৈরাদা
হাপলিএ আশা মলয়া জীব জীব খুদিংদা।

লেঙ্খৎলে মতম অসিদা মণিপুরেশ্বর নিংথৌরেন
অয়ুক্কী থবগ্ মতুংদা চাইথবা লোইরে নিংথৌরেন।
দ্বাদশ তিলক লোইহুনা খুরুমজরে মবুঙোদা
অহুগী মতুং তাবদা, খুরুমজরে তুলসীদা।
হাবা লোইরে তরা লুকোয়, থোনবা লোইরে খাংজেং নমখা'
কোকথোনস্থু থোল্লে নিংথিনা, পুরে খুৎলাই য়েৎথাং ওইথাং।
অফবা ক্ষণদা যাত্রা ভৌ, য়ৌবে কার্ত্তা শামুফাভম্
তেখাউ প্রজানা ফিঙৌ ফৌ, ফমলে নিংথৌসু রাঙেশ্বর।

শোঙ্গী মমুংদা লেঙ্শিল্লে খুৎলাই য়াওদনা কার্ত্তানা
সনা ফীগেগী গুপ্তাদো য়েপখৎলে কম্না তুংলোমদা।
“মোগল্ নিংথৌ চংঙরে” পুমনিল নিল্লে লৈবাগ্ মীয়াম্
সমুদ্র লাইজ ঈথগ, হৌ, ঈরাউখোনগীদি মঙৌগুম্।
লিশীংলগ, শামু নেৎলবা শামু চামা থেংনরবা
পুক্লিং তপ্পদি মিংয়েং ত্রাই মণিপুর নিংথৌ অথৌবা।

তপ্পবু সনা খোংলেংলে শামুনা লৈবা মায়গৈদা
শামু হোংচনগে থৌরাংলে মণিপুর নিংথৌ তমহনা।

ঙমগনি খঙবা কনানা অঙকপা লীলা মপুগী ?
মুংশিবা মনমদি হা হা জগৎ মপু গোবিন্দগী !
বনমালাগী লৈনম্লগ, অগরু চন্দন য়াওরগই
অনিহুগী মরক্তুদা মুংশিবা মনম্ কস্তুরী !
পুম্ঙগ ঙগলে শামু অদো বনগী শাদি অতোনবা !
গোপীগী পুক্নিং হুন-রূপ উরে শামুগী মমিত্তা !
ঙক্লুনা অমুগ য়েংলগপা, উবে নিংথৌ ভাগ্যচন্দ্র !
অমুক্কা হন্না য়েংবদি উবে লেপ্পা কৃষ্ণচন্দ্র !

লাইবগ ফৈদা তেখাউ শামু ! ত্রিভুবনা বৈষ্ণবকা
ফংঙমদ্রবা হরিগী রূপ উজবা ফংলবোই নংনা।
গজেন্দ্রনা তৌঘিবগুম, থায়নদি থায়না অহুঙৈ
হরিদা থম্বাল কৎপগুম্ অহুঙৈদা হয়িঙৈ—
শিন্ধরগলে পিগী ধারা তেখাউগী শামু অঙাওবা
কুম্বরে মখোং মরিমগ, লৈম্রে ভক্তিগী মওংদা।
মনাইবু চানবা ইবুংঙো ! কার্ত্তাবু কনবা লেংলকপোই !
ননাই শোয়ঘিনি খন্দুনা ননাইগী মাঙদা লেপলিবোই !

মিৎলুগী লাইজ শিন্ধরে মন্দাকিনীগী মতৌগুম্
হিগনা কপ্পি ভাগ্যচন্দ্র অঙাওবগী পান্দমগুম্।
শামুগী থগত্তা লেঙখৎলে হরিগী গুণবু শকুনা
তপ্পগী তপ্পা থোরগলে তেখাউগী নিংথৌ তমহনা।
"মোগল রাজা জয় ওইরে।" লাগলে প্রজাগী মপাউখোন

তেখাউগী মীয়াম পূমলাঙ, লাঙ,, ওইরে সমুদ্র ঈরাউখোন !
স্বর্গদেবমা পূম্ঙগ,ঙগ্, পাত্র মন্ত্রীদি ময়ামনে
য়েংঘরে মমিং কূপ্তুনা ইকাই অকিবা য়াম্লরে।

শোয়দনা শিগত্রা নিংলম্বা ভাগ্যচন্দ্রনা লেঙ,লকপা
নিংথিজৈদকো ওম্বোক্লা তেখাউগী শামু মথক্তা !
রাজেশ্বর নিংথৌ পেনত্রবোই অঙাওবা শামু ফাবদা
লানত্রে ঙাকপিয়ু হায়জরে মণিপুর নিংথৌ মফমদা।
"জাতিসিদি অরা হায়বা য়েগ্নবনিদো তাইগীস্তু"
লাউথোগলে মন্ত্রী ময়ামদা রাজেশ্বর নিংথৌনস্তু।
নিংথৌ অনিনা রারীশাই পুগ্চেন শেংনা ফম্মিন্না
পাংলে কার্ত্তাগী মতেংদো লাম্মীগী মশীং কক্তনা।

---

# চীংমী ফিজেৎ

লাম্মী তেঙ্গোল পুরস্থনা লেঙ্লে কার্ত্তা মণিপুর তম্
য়োরে মহাক ইস্কাল তম্পাক, কাছাড় সীমাদা তেঙ্গোল থম্
থম্লে কার্ত্তা য়েংলুঘিগে মুংশিন্নিবরা ঐহাকপু
মণিপুর প্রজা ময়াম্না অম্নুগ্ কুইরবা মতম্তু।
চৎলবদিনে ঐহাক্না থৌগল খোম্বমী পুরস্থনা
থুমদবা য়াইকো অচুম্বা প্রজানা ঐবু কিস্থনা।
"অচম্বা চীংমী ফিজেৎ লৌ, কৈথেনগী পোৎলগ্ চঙ্লগে
প্রজা ময়াম্না পাম্লিবা অচুম্বা মশগ্ খঙ্লগে"।

চীংথংখোম্বা ভাগ্যচন্দ্র চীংমীগী ফিজেৎ থোনজিল্লে
খুবোম্না মতা ফবদা খুবোমগী য়াইখু হাপচিল্লে।
কোক্কী শম্নাংনা তুংদা পুন, নমদনা শম্বু পোশিল্লে
চীংমী রাঙাং তম্নহুনা কৈথেনগী পোৎলগ্ লেঙ্লগ্লে।
কৈথেনগী রারী ভারগ্ই শারিবা রারী মুপীনা
"কার্ত্তা ইবুঙো নিংথৌরেণ পাল্লঘোবা অমুক্তগা!
মণিপুর নিংথৌ ইনিংথৌ ধর্ম্ম অবতার মুংশিবা!
লৈত্রবদা নিংথৌ নংনা ঐখোই প্রজাদি রারেদা"!

অনি রাবু তাবদা চীংমী শারিবা নিংথৌদি
নিংলুগী লাইজ ঈরাচেল থম্মোইগী মুংদা কপ্লগ্ই।
হংলগ্ই মুপী অমনা চহিনা ময়াঙ্ কোল্লবী
"হাওবা নহাগ্পু কনানো? মানঘরেদকো অমদি"!
"পলেম মানপী পোকমাপী! ঐপু মান্পসু ময়াওপো"?
"মানঘরেদকো নহাগ্সে মুংশিবা নিংথৌ কার্ত্তাদো"!
আঃ! লৈরবদিকো মহাক্না হৌজিক ফাওবগী মতমসে
ওইরনিদকো মহাক্তো নহাক্কী চহি লেজাসে"!

"এঃ! হায়কমুত্তা পলেমও! নিংথৌ মাপ্লি হায়হৈতে;
কোরৌনা মতাং তেল্লগ্লে ইখুনসু লাম্নি হল্লকে"।
"হো, ইবুং হাওবা ঙাইখোও! মুংশিদকো নংসিবু!
কবোক খোইবাক চাঘোও! কার্ত্তা মানবা নহাকপু"!
চীংমী শাবা কার্ত্তাতম্ চেন্নকই মুপী অনিথগ্
চীংমী পীজগে থন্দুনা কবোক খোইবাক অহুমথগ্।
কার্ত্তাগী খুত্তা কবোক থম্ চিংনবু চিংনা য়েংলগ্ই
"মানঘরেদকো ইনিংথৌ, ইবুং হাওবা নহাকসি"।

"ইঃ! হায়কনুতা পেন্মখোই! হাওপা লাইপক থীপনে
লাইনি মীতৈ নিংথৌদি ; নিংথৌ মাল্লি হাইহৈ়ত"।
ইচন্না পীপা কপোকসে ইচা চানপা পুরকে
ঐপু অসুক নুংশিপা করি ময়ম লৈপকে"?
"নুংশিঘিবা অমগীবু হাওবা লোইনা নুংশিয়ে
চৌংমী শানা লাক্কবরা লৈবাক ঐখোই ডাইরিয়ে।
মখোইনা পানবা পান্নদে মখোইগী মতেং পীনদে
ইবুং হাওবা হল্লোকো আশাগী ময়োন চোংলকলে"

কৈথেন্দগী লাপলগ্লে চৌংমী শারিবা কার্ত্তাদো
মীৎলু লাইজনা মীৎলুথন পাংলগ্লে লানগী শিবিরদো।
"নুংশিরিবা হৌজিগ্ ফাওবা পাঙ্ত্রবা নিংথৌ ঐহাগপু।
হৌজ হৌজদি লৈবাগ্কায় য়ারোবিগম্বু ঐহাগপু"
অসুম হায়নবু শোল্লগ্ই ভাগ্যচন্দ্র নিংথৌরেণ
শোন্ন শোন্নবু লেঙ্লগই পেগ্নবু কাবা চৌংলম্বেন।
তারগ্লে চৌংগী মরুমদা নুমিৎনা তন্না মমি ছাম্
য়োঘরে কার্ত্তা শিবিরদা থাজ মায়থোং মকা লাম্।

---

## হঞ্জিনবা অমুক সিংহাসন

লাম্মী লীশিং মরিফুগা খুৎজু-খুৎলাই ময়ামগা
লাগ্লে নিংথৌ চৌংথংখোম্বা ডাংনৈ লৈ[illegible]শীনবা থুংনা।
শুদা শুভ্রা লীশিং মফু, রাংপরা মছু, [illegible]
থিরুদে মছু কনাম্না অচুম্বা থঙ্দে কনাসু।
হায়নবদি হায়নরে লৈবাক্তা [illegible] শনঘরে
কদাই ফাওবদি চুম্বগে মছুদি কনা থিরুদে।

কার্ত্তা নিংথৌরেণ থুংলরে চুম্মিনে মতু ফাওবদি
মতুগী মখা তাবদি তোকঙাদা মখোঙ্ পানবনি।

কৈথেন অকা অকুমগী লুকমাই পানবী ময়ামগী
মখুৎ য়াম্না শাজবা লম্বী-তেম্ন রারীনি।
থবগ্ কনবা মুপাশিংগী অরা-পোখা রারী ওই
লৈপুং পণ্ডিত ময়ামগী লৈপুং-ফম্ন রারী ওই।
রানা শূবী ফৌশুবীগী ফৌশু-ঈশৈ ওইঘরে
খদাং কনবী মুপীগীনা রাচোই মথেন ওইনরে।
মাঙ্গোন্দা চাউবা মাঙ্গোঙ্গাউ, মাঙ্গোন-পণ্ডিত ময়ামগী
উক্তিনা রাই চাইরগ্লে মনবুদ্ধি পুরাণগী।

অরাদি কনা লৈরমদে মণিপুর সনা লৈবাক্তা
ঙাকখি লৈবাগ্ মিংতা ওইনা মখোইনা হাপ্পা মীশিংনা
কার্ত্তা নিংথৌ থুংলরে লাম্মী ময়াম পুরগ্লে
তাবদা মখোই ময়ামতু অমতা মিহুন শুদরে।
রানা লৈঘি মোইরাংদা কার্ত্তাগী প্রজা অয়াম্বা ;
চোংলে ময়োন আশাগী নিংথৌ থুংলরে তাবদা।
বুদ্ধি ফবা অনন্তসাঞ্চি, নিংথৌগী পোলোই শুনা পু
শঙ্গাইথেন্দা মীয়ামগা ওকে ঙাইঘি কার্ত্তাবু।

অরাগী মীচং চংবশিং তুরে ময়াম মথং মথং
লোৎখরে থরনা খুদক্তা কন্নবা মছাদং।
খুনগাররকলে মোইরাংদগী মৈতৈ লৈবাগ্ পুম্নমগ্
লাকপা হৌবদা রাজশ্রী, মুঙাইনরে লোইনমগ্।
অমুগ কাবা অমুগ কুম্বা, অমুগ কুম্বা অমুক কাবা

লয়্রি চক্রগী মতৌগুম্ মীগী অরা মুঙাইবা।
অতোং অকুৎ লম্বীনি জাতি অমগী লম্বীসু
কুম্বামথৈ কুমলুরগা, কাপ্নগ্লে সনা লৈবাগ্সু।

লমদা থাগীদি থাজিন্নি লাগ্লে ঋতু বসন্ত
হুনঘবে নিংথম হন্নুবা লোইবত্নুনা শিশির।
চুম্বেনা মপাণ শাবা কাল হঙ্গাম মপাণ শাৎলগ্লে
অঙাংবা কুরাউ মপাণদা খোইনিংনা খোইহি চূপলগ্লে।
হৈখা পামেল পামেলদা, লুপা মপান্না য়োমঘরে
হৈনৌ পামেল পামেলদা মুংশিবা মপাণ শাঘরে।
লোয়নত্নুনা বসন্ত ঋতু, ভাগ্যচন্দ্র নিংথৌরেণ
নিংথৌগী পোৎলোই শুনবু যৌবে ঙসি শঙ্গাইথেম।

অমুক ফংলে সনা লৈবাগ্ লৈত্রবদা য়েক্লবা
লেঙ্লে অমুক শঙাইব্রৌ অসিগী মতুং তাবদা।
শঙাইব্রৌদা পল্লগা লেঙ্লে অমুক চজিংদা
ওইরে কোন্নুং মফমত্নুদা মতম খরা পন্নবা।
"কোন্নুং ওইবা অসিবু কদাইনা খুদোং ইচা চায়"?
লেপলে নিংথৌ পুক্লিংদা "বিষ্ণুপুরদা ওইবা তাই"।
হোংলে কোন্নুং মত্নুদা কন্ননবগী মণিপুর
ওইরে কোন্নুং মণিপুরগী চীংয়া নকপা বিষ্ণুপুর।

জঙ্গলগী লান শোক্লবা, হৈতে কয়া অরাদি
চীংয়া নকপা বিষ্ণুপুব ওইঘিদো পাঙ্গল মৈতৈগী।
কাছাড় চৎকে নিংবদা তোংজৈ মরিণ মাঙ্দা লৈ;
তক্ষেণ চৎকে নিংলগা তোর্ব্বুং হায়রা নাক্তা লৈ।
অসিদসু নত্তনা, মোইরাংসু নকই বিষ্ণুপুর
মোইরাংবু শাসন তৌবদা খুদোং চাঘিদো বিষ্ণুপুব।
ফম্নবদা খুভম চেৎনা সিংহাসন্দা কাৰ্ত্তানা
চাওখৎলগ্লে অমুক হন্না মণিপুর সনা লৈবাগ্না।

---

# মহারাস দর্শন

হৌঘিহ্নুনা মথং মথং, মুমিৎকী শীংবুম তরেংনি
শোয়দনবু ওইঘরে অমথক্তি হাপ্তাদি।
হাপ্তা কয়া হৌঘিহ্নুনা লোইদাম থাবুম ওইঘয়ে
লোইদাম কয়া চংখিহ্নুনা চহি কুম্বু ফাঘরে।
লেপ্তবা মতম ঈচন্দা কালেন নিপান তাউঘয়ে
কালেন নিপান কোম্লনা নিংথম নিপানস্থু চংখরে।
হঞ্জিল্লগা নিংথৌ খুভম্ পাল্লবদা চহি নিপান
সোপোম্দা মনাই কার্ত্তাগী লেঙ্‌লকলে অমুক গোবিন্দ।

মানি নবঘন শ্যাম্, সনা ফিগেদি পীতাম্বর!
গোপীগী পুক্লিং-হুন রূপ নটবর বেষনি!
কোক্তনা রাহোংগী চূড়া, খুত্তা মুংশিবা মুরলী
থোল্লিএ চরন্দা নোপুর, থাজবু হেল্লি মায়থোংদি।
ঈংনা মুংশিবা খোঞ্জেলনা কোকিল কোটিবু হেল্লবা
তাকপিঘিএ ভগবান্না মনাই কার্ত্তাগী মফমদা;
"কার্ত্তা নংবু কাউরবয়া? তৌয়ো ঐহাক্কী নিরূপণ
শেমলো নংগী লৈবাগ্ অসে, অনিগুবা বৃন্দাবন।"

তাকপিঘিএ মখাতানা অহিংগুদা ভগবান্না
"লৈরে ঐহাক কাইনা চীংদা থৈবোং পাম্বীগী মশক্তা।
য়াল্লু নংনা পাম্বী অহু চিংনরুম্ন পুক্লিং নংগী
লৈরোইকো দোষ করিছু, আদেশ ইনবদা ঐহাক্কী।
তারো কার্ত্তা পুক্লিংচংনা ত্রিভঙ্গমক্তা লেপ্পগে
মুরলী হৌজিক খোংলগে ব্রজগী গোপী কৌরগে।
য়েংলোনে কার্ত্তা ভক্তিগা, থুংজয়ো নংগী অভিলাষ
উঘিত্রিবা ঋষিশিংনা শাম্নগে হৌজিক মহারাস।

ফন্না শাৎলবী মালিকা শরদ ঋতুগী পূর্ণিমা !
থাবল্লক্তা উপাল উনা, শংবানহ্রবী যমুনা !
উরে হৌজিক সোপোন্দা ভাগ্যচন্দ্র রাজর্ষি
তারে তাম্নবু মুংশিনা, শেংফাত্তনদি মুরলী।
ঙকইদকো যোগমায়া, দেবী মহাক্কী থৌরাংসে
ব্রজগী গোপী নত্তনা তাঘিদে কনা বাঁশীসে।
তারহুনা বাঁশী খোল্লেল মুপী পুক্লিং-হূন খোন্
চেল্লকলিবী গোপী ময়াম, য়াওরে লোইনা অঙকপা সোপোন !

"অহিংনিদো হৌজিক্তি, অকিবা মশক ওইরবী
তমথীবা শাসু চৎলিদো মফমসিদা উমংগী।
অতুনা হল্লো গোপীশা ! নয়ুম নয়ুম য়ৌনবু"
চাংবু য়েংঘি কৃষ্ণনা লাকলিবী গোপী ময়াম্বু।
মখোইগী ভক্তি উবদা, শান্নবে নুঙাইনা মহারাস
তৌরগ্লে নাপল গোপীশিং থুংলহুনা অভিলাষ।
উবদা নাপল গোপীগী, অন্তর্যামী ভগবান্
থাদোক্লমলে রাস মণ্ডল ওইঘরে তন্না অন্তর্ধান্।

অরাবদা গোপীশিংগী কায়নরবদা কৃষ্ণগা
কপখিএ ভক্ত রাজর্ষি, অহিংতুগী সোপোন্দা।
তুমম্রবদা গোপীগী নাপল, প্রেমগী ধারাদা মীৎলুগী
ফাওরকখি অমুক গোবিন্দ মরকমক্তা গোপীগী।
নিংথিজরবী অহিংদা, থাবন্না ফজনা থোক্লবী
শান্নখি অমুক মহারাস মপান অহুদা কালিন্দী !
হুমলকখিএ মুংশিৎনসু লৈনম পুতুনা থরোঙী
শাঘিএ জগোই গোপীশিং, শকুম্ন গুণবু মহাক্কী।

নিংথিজঘি নীলমণি সনানা থাম্বা মণিগুম্
ফজঘিএ গোপীশিংসু নোংগী মকোয়দা নোংথাংগুম.।
লোইরবদা মহারাস, শান্নে অমুক জলকেলি
গোবিন্দগা গোপীশিংগা ঈশিংদদি কালিন্দীগী।
লোইরবদা জলকেলি, কৃষ্ণগী আদেশ ইন্দুনা
হন্নিংদনদি হনঘরে গোপী পুম্নমক ময়ুমদা।
মোমোন নোকপা মায়থোংনা কন্দর্প কোটি হেল্লবা
তাকপিরে অমুক অসুম্না, গোবিন্দনা কার্ত্তাদা ;

"উরেদো ওসি মহারাস, সোপোন্দা নংগী রাজর্ষি।
উঘিদে মসি অতুঙৈ কনা অমতা তাইবংমী !
লিংখৎলো ঐগী প্রতিমা, লাইবগ, ফরবা রাজর্ষি !
পল্লগনো অমুগ হন্না পাঙ্থোকলো ঐগী আদেশসি।
সোপোন্দা উবা মহারাস শন্দোকউ নংনা সংসারদা
মসি উজবা ভক্তশিং লাকসন্নু মখোই ঐঙোন্দা"।
হায়রগা মসি ভগবান্ ওইঘরে অমুক অন্তর্ধান্
কপ্লহুনা ভাগ্যচন্দ্র, রাম্বঘরে মাঙ্হুনা জ্ঞান্।

চেতনা লাকপা কালদদি কার্ত্তা ভাগ্যচন্দ্রনা
থাবল্লা রাখোং লোল্লম্নে কৃষ্ণা পক্ষ থাবলনা।
ঙাইহাকী ক্ষণবু কপ্লগা, ঙাইহাক অমুক চেপথঘি
ঙাইহাক ক্ষণবু চেপলগা ঙাইহাক অমুক কপলকখি।
অসি মতৌ ওইরহুনা রাংলেন কয়া হৌঘরে
রাংলেন কয়া হৌঘিহুনা য়ুথগ্ অমা ওইঘরে।
নিংশিং নিংশিং ভাগ্যচন্দ্র ওরাং অছিংগী সোপোন্দু
লেঙ্খৎলকলে তপ্না তপ্না, থাদোক্লুনা শয্যাহু।

---

# লেপ্‌ নঘিবা রাজ সভাদা

ইমুংগী সোরা তৈরগ্‌লে থরান্না তন্না মমী ছাম্‌
চরোইনা তেতু শগ্‌লগ্‌লে চীংথৈনা তন্না মকা লাম্‌।
নিংথমগী ঋতু হন্নুবা মনাস্তু পূমকোক কোক্লবা
চেনঘরে মথ্বাই পুত্নুনা বসন্ত ঋতু মমাঙ্‌দা।
লৈবাংনা লৈকা ফন্না ফন্‌, খোইমুনা ঙংলি শুণ শুণ্‌
ফাইরেণগী তুবেণ তবাবী, ঈচেন্না চেল্লি থেগ্‌না চেন্‌।
ফজববদি অয়ুকনি বসন্ত ঋতু মতমগী
লোইঘরে ঈংবা নিংথমগী লাক্লি শাবস্তু কালেনগী।

হৈখা চুম্ব্রে মপাণশিংনা হরাউনা মোমোন নোক্লিএ
ফৈবাথক্তা চেক্লাশিংনা, মুংশিনা ঈশৈ শগ্‌লিএ।
শাবিএ হৈনৌ মপান্না হৈনৌগী পামেল খুদিংদা
শাবিএ কুরাউ মপাণস্তু কুরাউগী মতোণ মতোণদা।
ইংখোন ইংখোন খুদিংদা হঙ্গামনা মপাণ শাব্রিএ
হঙ্গামগী মপাণ মপাণদা হয়িংখোইনস্তু ঙংলিএ।
বসন্তগী অয়ুকসিগী মেংলবা সনা মুংশাদা
লংলিএ মণি ময়াম্না তিংথৌগী মতোণ্‌ মতোণ্‌দা।

মাধবী লৈরাং মুংশিবী ওস্থোগ্না ওন্না শাংলিএ
কদম পামেল অমদা লৈরাংনা হরাউ য়েংলিএ।
ইকাইথীবী মাধবী লৈরাং খোইমুনা ঙংনা ইল্লিএ
খোইমুনা ঙংবা খুদিংদা লৈকা লৈকা কেল্লিএ।
অমুগ্‌ ফজবা অয়ুকসিদা গ্রাম্ভাম্বরি ভাগ্যচন্দ্র
সনা শঙ্গাই ফম্মাংফুদা অঙন্বা অথৌ থরগা।

নিংথৌগী আসন সিংহাসন ভিংথংনা শাবা আসম্মি
নিংথৌগী কোক হায়বসিস্থু ভিংথংগী কোকয়েৎ য়েৎপনি।

খুৎকন পাঙ্গনবা অরানি, নোংমৈ য়াম্না লৈরবা
লৈবাকস্থু পাক্না শনব্রবা মীশীংস্থু য়াম্না য়াম্নবা।
খুতুম চনবা হায়বসি মণিপুর সনা লৈবাগ্ পু
অরা নিংথৌগী লক্ষ্যনি ভম্মরোই হায়বা খল্লনবু।
স্বাধীন ওইবা রাজ্যনি মণিপুর সনা লৈবাকসি
চহি লিশীং অনিরোম পাল্লগ্ লি মনিং তম্নদি।
স্বাধীনতা ডাকপসি মণিপুর সনা লৈবাকী
ইহান হেগ্ হানবা মথৌনি লৈবাক নিংথৌ অনিগী।

কল্লবা থৌদাং মরক্তা পাঙ্গলগে লেপলে কার্ত্তানা
পীরম্বদি আদেশ অতু হন্দক্তা নৌনা সোপোন্দা।
লোইরে হৌজিক্তি মন্ত্রণা স্বাধীনতা কন্ননবা
চাইথরে পনবা তৌদনা লোইরে হৌজিক আহ্নিক তৌবা।
তরা লুকোয় তন্না হারে, লৈবাকীদি মপুনি;
অহুনবু থেঙ্গনিংদে রাজ সভা লেঙ্গবদি।
থোল্লে হৌজিক রাজবেষ থৌগল লাঙ্গল লোয়নরে
পন্দনা সনা খোঙ্গলেঙ্গলে রাজ সভা য়োরকলে।

প্রজানা চোন্না তিল্লমলে ওসিগী রাজ সভাসি
চিথদরে অমতা অওম অথৌ পাত্র মন্ত্রী।
লেংশিল্লকপদা নিংথৌনা, কোক্না লৈবাক শোক্লবু
খুরম্মি প্রজা মীয়াম্না বিষ্ণুগী অংশ নিংথৌবু।
লেঙ্গশিল্লকলিবা নিংথৌস্থু, ওগ্ ই খুরম্বা অহু
নোল্লুকপগা লোয়ননা ফজনা চীং লেম্নবু।

সিংহাসন্দা লেঙ্শিল্লে কার্ত্তা ভাগ্যচন্দ্রনা
সভাবু যেংহুনা হায়বকই কোকিলবু ঙমজবা খোঞ্জেলনা।

"লৌখত্রিঙৈ রাফম অতৈ হৌদোকচগে রাফম অমা
তাবিয়ু পুক্লিং চংনবু তিল্লিবা ঙসিগী সভানা।
অহুঙৈদা তেখাউদা তেখাউগী শামু ফাঙৈদা
লেঙ্বিরকখি শ্রীগোবিন্দ নিংথৌ ঐগী সোপোন্দা।
তাকপিঘিএ লেপ্না তৌ, ইবুংঙো মাবু নিরূপণ
ফাঘি শামু ইবাই লায়না পেনঘি তেখাউ নিংথৌনা।
লূম্নবা লৈবাক্কী ভাব, তত্তনা লাকপা অরালান
সোপোন্দা উবা শ্রীমূর্ত্তি ঙমদ্রি ঐহাক্না নিরূপণ।

লেঙ্বিবকখি শ্রীগোবিন্দ সোপোন্দা ঐগী হন্দক্তা
নিরূপণ তৌরো তাকপিবে পন্ধবা অমুক তৌদনা।
ফংজঘি দর্শন মহাবাস সোপোন্দুদা ঐহাক্কী
বাসপু শন্দোকউ তাকপিঘি ওইনবা মঙ্গল জগৎকী।
সোপোন্দুদা মহাক্না, তাকপিবে লৈরে হায়নস্নু
কুঞ্জবন্দা কাইনাগী থৈবোং পাম্বী ওইনবু।
থিসি হায়ববা অমুক্তং কুঞ্জবন্দা কাইনাগী?
তোক্লসিরা অপুম্মক রানি হায়হুনা সোপোনগী?

হায়বিনিংবতা হায়বিয়ু অঙম অথৌ মযাম্না
চিংনবদি লৈবিগম্নু ফোংদোকনিংবদা সভানা।
লৈবাক্না নামা ওইবগা নিংথৌনা নামা ওইবনি
লৈবাক নিংথৌ তা-নহুনা, শাসন লৈবাক্কী পুবনি।
মসি ঐখোইগী নীতিনি, ইবুধৌশিংনা চংলম্বা
মসিনি ঐগী নীতিসু রাখল তৌরগা লেপ্লবা।

মুন্নবু রাখল খনবিরো ময়াম পুম্নমগ্ সভাসদ্
রাখল তৌরগা হায়বিরো অমমম্ ওইনা অভিমত্ ।

য়াথং অসিবু তাবগা মণিপুরেশ্বর কার্ত্তাগী
গভীর ওইনা লাউথোক্লবা নিংথৌ সিংহাসন্দগী,
হায়ঘি অমনা সভাসদ্ খুত্তি অনি লোম্নরে
ওইগী খুকউনা লৈবাকতা, য়েংকী খুকউনা কাঞ্চংলে
"লিক্লাই ইবুঙো লাইনিংথৌ! মণিপুরেশ্বর লৈমাবা!
লাল্লবা কান্দা কনবিয়ু, হঙ্গচ্চরিএ ননাইনা।
থিজুনা য়েংসি অমুক্তং কাইনা চীংগী কুঞ্জবন
ওম্বরা য়েংসি অমুক্তং শ্রীগোবিন্দগী নিরূপণ"।

চুম্মি, চুম্মি খন্নঘিএ অতৈশিংনা সভাসদ্
মাগী মাগী পুক্লিংদা, মরুদি লোইনা ইরুক লুক্।
পুমচীক চীকখি সভাতু ঙাইহাকী মিকুপ খরদি
চোংথোকখিদে কনাম্তু রাবু ঙাংগে হায়নদি।
তাপ্পাসিদা অসিগুম্বা পণ্ডিত অমা কনাগুম্বা
মছামকম্তু সভাসদ্, থোরকখিএ নোল্লুক্লা।
ওইগী খুকউদি লৈবাগ্তা, কাঙ্লজুনা য়েংকী খুকউ
মখুৎ অনি লোম্নজুনা হায়ঘিএ রাহৈ নিংথৌবু।

"ঐবু সীজবা লাইনিংথৌ! লাল্লবা কান্দা কনবিয়ু
মণিপুরেশ্বর মহারাজ! য়োল্লবা কান্দা ঙাকপিয়ু।
মূর্খ ঐঙোন্দা থোকপম্তু থিরুসি লৈবাগ্ হৌজুনা
শর্জীনা মতোমদা চঙ্লক্তে অভূম্বা নোংশাগী খায়াত্তা।
হৌসি লৈবাগ্ অমুক্তা যতন তৌনা চেকশিল্লা
ওইরক্রুবদি ক'মদৌনি দোষ তৌরুনি কনাদা?

তাকপিরম্মি অসুম হায়না মুনি ঋষি মন্নাম্না
থিজনিংলে ননাই ঐদি হয়েংমক লৈবাগ্‌ হৌ-হুনা"।

তারবদা উক্তি অসি ফিরাণ থেৎলবা পণ্ডিতকী
চুম্মি চুম্মি হায়নরে চীনবান থোক্লবু হন্দক্তি।
সভাগী মত খঙ্‌লবা হরাউরবা নিংথৌনা
গভীর ওইনা লাউথোগ্‌লে সিংহাসন্দা ফম্‌তুনা
"হয়েং হায়বা মুমিৎসি কোন্নুং অসিদা শোয়দনা
ঐখোই অপূম্বা তিল্লসি কাইনা তান্না চৎনবা।
অহানবা য়ুথগ্‌ য়ৈবদা নোঙাল্লবা মতুংগী
তিন্নসি মফম অসিদা হন্নরসি ঙসিসি"।

লাউথোগ্‌পদা য়াথং অসি মণিপুরেশ্বর নিংথৌগী
লোইনা মখুং লোন্নঘিএ তিল্লিবা সভা লোইনদি।
থুরমলে অমুগ্‌ নিংথৌবু ভক্তি তৌনা নোল্লুগ্না
হনঘরে ময়ুম য়েৌনবা তিল্লম্বা মীয়াম অপূম্বা।
তমঘিএ মচা মনাইদা য়েৌরগা ময়ুম ময়ুমদি
অঙকপা পাউদি ঙসিগী অঙকপা সোপোন নিংথৌগী।
ভাগ্যচন্দ্র নিংথৌনম্মু, ঙাইঘি লাংতগ্‌না হয়েংবু;
হয়েংবু ঙাইঘি খৌরাংনা লৈবাগ্‌ প্রজা লোইনম্মু।

---

## কল্পনা

নোংমা লাকখি লৈচিল মচা    লৈচিন মচা অপিশক
তুমন্নে পৃথ্বী পুম্বদি
থাবলগী ফিরুগ্‌ খুমহুনা।

চীক্না ফম্বা কবিদা মিছুৎথোংদা মতোমদা
মখুৎ হৎনা কৌরকখি
অরাংবদগী লৈচিন্না।
"লাকউ কবি কারগ্উ পাইমিন্নসি পাইরগ্উ
চীংদোণ মতোণ লান্নবু
অহিংগী অতিয়া মকোয়দা"।
মোমোন নোকখি কবিনা মাগী চৌকিদা ভাদুনা
"ঐবু তত্তুনা পুবা ভম্বা
লৈরি ঐগী কল্পনা"।
ইকাইরপ্না মপাইখি
লৈচিল মচা পিশকনা।

লাপ্পা খোংবা তাম্না খোঙ্গেল নোংমা তাখি কবিনা
তাম, তাম্, তাম্
লাপ্পবা চীংগী নাপোমদা।
রাখল অমনা লোম্না লাকপা কনানসু ভাদনা
লোম্না হায়খি কবিদা
নাপ চীগ্না তুগিন্না।
"তাম্নাগী নাক্তা চৎলুসি চেক্লাগী মতুং ইল্লুসি
চীঙ্গোল কয়া লান্নবু
খোঙ্গেল্লক্তা তাউদুনা"।
মোমোন নোকখি কবিনা খুত্তা কলম পায়দুনা
"মুংশিবা খোন্না খোম্থাংয়বা
লৈরি ঐগী কল্পনা!"
ইকাইরপ্না মচৎখি
লোম্না লাকপা রাখলনা!

নোংমস্থ, পাৎকী থরোলক্তগী থাবলক্তা অহিংগী
ঈংনা লিরি হুম্লগ্খি
পাৎকী মুংশিৎ নামিবা।
জাতিকুপ্পী লাম্না পাই বকুল লৈরাং শোক্লা পাই
থাবলদা কোয়বা কবিদা
নাপ চীক্লা হায়রকখি—
"চৎসি কবি চৎলুসি লমদম তাম্না পাইক্লসি
অহাঙবা লবুক লাম্নবু
লৈচিন নোংফাই মরক্তা!"
মোমোন নোকখি কবিনা অহিংগী থাবল মরক্তা
"মপান নাইদনা পাইবা ঙম্বা
লৈরি ঐগী কল্পনা"।
ইকাইরপ্পা মচৎখি
পাৎকী মুংশিৎ নামিবা

---

## নাম্বোগ্লবা বন্দী

ঐনা চৎলি কনাস্থ য়াওদে
চৎলি ঐনা ইতোমদা!
ঙাল্লি কয়া বিজুলী থাংমৈ
মণি পরেং থানবগুম্
সড়কী চিন্নাই চিদাইদা।
মোটর গাড়ী হুরাগাড়ী
সাইকল কয়া মপৈ মপৈ

য়াঙ্গনা পাইরি থুনা থুনা
মতম তুরেণগী কাওশিংগুম।
মাঙ্গদা চৎখ্রি চোকথরবা সড়ক
থেরক্লা খোয়না লমদম তাম্না
রায়াম্ ভাংবা পণ্ডিতকী
লোইবা নাইদবা মরৈগুম্।
সুংশিন্দনা চান্নবা সহরবাসী কয়ানা
উন্নবদা মহৈ মহৈ
হরাউদনা সুগাইনৈ।
উরি ঐনা হন্না হন্না
থবগ্ লৈত্রবা মিংসিনা
গমলা লৈরাং থুংশেমলৈ
লৈহি য়াওদনা ফজবা।

লম্মুক্রববা এড়োপ্লেন্না
কোয়থি থিবগুম মাগী তাভম এড়োড্রোম্
পোপ্পাভম লৈত্রবা অতিয়াদা,
থিরি ঐগী পুক্লিংনা
মাগী অবা পোপ্পাভম্।
"থরো মপৈ ময়ামগা খৎনবদো কাংঙগা
চীংগী মথি তারবা লূববা ঈশিং মথক্তা
ফজবনিদা ওন্থোক্লা!"
নিংশিংলকখি ঐহাক্লা।
ঐনা অমুক খল্লকখি—
"ফজবনিদা সুংদাংরাই,
উনা পুংবা উতোন্দা

পুকচেল শেংনা খৎনবা
চেক্লা শঙ্গু তিন্দুনা !"

কল্লকপগী তরাম তরাম্বা মীকৌ
নানা থিনব্রেদা থম্মোইদা !
মুংশিদবগী ঙাংথোক্কবা মীৎকী নৌচৈ
ময়েক শেংব্রেদা শম্বোগ্না !
অহুবু খাঙ্গগনি ঐনা, খাঙ্গগনি ঐনা
পুল্লবনি ঐদি মতম্না ।
মাঙ্গদা চৎলি কেনা কেনা
খঙ্নদবা মপৈ মপৈ
শগলি কয়া ফিল্মগী ঈশৈ
নক্কবা ত্তুকান কয়াদা ।
থাংলি খোঙ্স্থু তম্ভুনা
সহরগী সড়ক চিদাইদা
অহুবু পাইব্রে পুরিংদি কনাগুম্ব থিংদনা
লাপ্প লাপ্প লম্বাংদা
চীংয়া তময়া লমদম্ তাম্ !

---

# অথেঙ্বা অহিংগী দৃশ্য

নোংমগী অহিংদা রাকচীংগী
মীচিক মীখোন তাদ্রবা
কপথিএ মুজা অমদি
মুজা অমা মতোমদা ।

থায়নগী তুরেণ মপাম্লি
ঈচেন্দি হৌজিক লেপ্লবা ;
লিরবা পামেল মখোঙ্নি
মনা পূমকেল কেল্লবা।

কুপ্নি অতিয়া পূম্নমগ্
অমুবা নোং মরোণ মবোণ
লোংলি মায়গৈ পূম্নমগ্
অমম্বা ফিজং ফিরোন ফিরোন।

"নৈত্রবদি সত্যনা
হিংগনি ঐদি করম্না ?"
কপখিএ মুজা অচ্চুনা
হিক্কবু হিক্কা তেংথানা।

"হায়গনু অমুক ঐগোম্দা
নৈত্রে হায়রনা সত্যদো।"
চোংথোকখিএ মুপা অমা
থোনা যনা অহিংদো।

"মুপা নংবু কনানো ?"
হংখি ডক্কা মুজানা
"চেনদবা নংবু কনানো
চেনত্রবদা লোইনমগ্না ?"

"মুপানি ঐদি চুম্নগী
থাদোকইবনি হৌজিকমগ্
নাপল অভিমান মিংচত্তি
চিতাগী থাম্বীদা পুম্নমগ্"।

পাইখি য়ু, মুপাহুগী থৌনাদা
পাইখি ওক্ত লমচৎ মুপীগী
পাইখিএ জ্বার, মীনম্বা
মালেম পৃথীসিদগী।

থাইদোকখিএ মংলম্বা নোং
থোরকখি থাবল লূরবা;
তারকখি অমৃতগী নোং
কদাইদগীনো খঙদনা।

থাদোকপা নাইতোম মুপাহু
মিংচৎ পাম্ববু চিতাদা
থাগৎখিএ "সাধু! সাধু!"
থৱানমিচাগ্কী সভানা

কপ্লগী মুজা কপখিদে
চেনখিএ হিংসানা কিহুনা;
তুরম্বা সত্য হৌগৎখিএ
থনখিএ পৃথী শান্তিনা।

## রাধা বিরহিণী

শাৎলগন্নু সুংশিবী মালতী।
ইঙৌ ঙৌনা সুংশিবা থাবন্দা,
কাযগদৌরে থম্মোইসি রাধাগী
শাৎলগা নংনা শরদ্ অহিংদা।

খোংলিএ চেক্লা সুংশিবা কোকিল
খঙ্দবা মরম্মা কুহু কুহু,
মনা পুংলবা উশাদা বকুল
হাপ্প হাপ্লভুনা বিবহগী হু।

শিংলম্নুবা নামিবা অহিংগী!
শিংলিবসি নংনা তপ্পা ইংনা
হেল্লেনে শাবা থম্মোইগী খাম্বী,
ঙমদ্রে খাঙ্বসি তোল্লবী রাধা।

লোম্নসিরা সুংশিবী ললিতে।
কালিন্দীগী নুরবা লাইঙদা
লাইবগ্ চাউবী রাধাগী পুন্সিসে
কুমথভুনা কপ্পা কপ্পা ইতা?

ঙাইরিঘো হে রাধে বাউন্নিনী!
লেঙ্গলগ্লনি কাহাই কুঞ্জবন্দা;
ঙমদে খাঙ্বা হরি, মাঙ্গদা প্রেমগী
হায়জেএ ঝলজিৎ সিংহনা।

# মহাত্মা

"চচ্চরগে প্রভো ! পীনবিরো বিদায়দো"
হায়খি জাতিমায়না, থোরকপদা মুমিৎনা
অহিংগী মতম লোইবদা ।

"ঙাইঘো নংনু ঙাইহাক্তুং, নিঘো বর অমত্তুং"
হায়খিএ মুমিৎনা, মুংশিনা য়েংলগা
লৈবাক্না শাবা জাতিমায় ।

"ভৌজরক্লে সেবা, অহিং চূপ্পা চাক্তুনা
পেঞ্জরে মসিনা, পীনবিরো বিদায়"
নোল্লুক্না হায়খি জাতিমায় ।

"পুন্সি নংগী লোইরে নছাপুম্বা চাক্লে
পীত্রবদি বর, কপ্লে ঐগী থরায়"
হায়খিনে সূর্য্যদেবনা ।

"কচ্চত্রে লোইনমগ্, ঐগী কর্ম্মগী ফল্
ভক্তিগা কোন্ননা জগৎকী মপুদা"
মুৎত্রে জাতিমায় হায়রগা ।

কপখিএ পামেলনা, কপখিএ চেক্লানা,
শোন্নখি জগৎনা মুৎত্রবদা থাংমৈদো
অচম্বা থাংমৈ মচাদো ।

"ধন্য, ধন্য ! মহাত্মন্ !" লাউখি পেম্না মুমিৎনা
লোইনমগ্ উরবা, যুগ যুগ পুন্দিংদা
জগৎসিদা থোকখিবা ।

---

# রাম-বিভীষণ সংবাদ

"তারো মিত্র লঙ্কেশ্বর! তুরে লান্দা নয়াম্বা
চৎহনব্রসি মুপীশিং তৌরসি হৌজিক সংস্কার"
হায়খি রামচন্দ্রনা তুববদা রাবণা
লোইদা লোইখা লানফমদা লঙ্কা লান্দা কল্লবা।
গুক্কা য়েংখি বিভীষণ লোইনতুনা লক্ষমণ
তৌনি করিগী সংস্কার তুরগা য়েক্লবা রাবণ?

"নঙ্গে প্রভো তাকপিন্নু, নঙ্গে মাদি ইয়াম্বা
মানি মাদি হিংচাবা লমচৎ নাইদবা য়াইতম্বা।
নমথাক্-লম্বোই ফিজেৎনা হুখি মানা সীতাবু
পঞ্চবটী বন্দগী গতি লৈত্রবী মুপীবু।
কাওখি মানা ঐহাকপু খোংপাকুনা লাইবক্কা
মাগী ফনবা হায়বগী, রাজ সভাগী ময়ায়দা"।

"নঙ্গে মিত্র বিভীষণ। রাখল অতু ওন্নরে
তাওকো নংসু লক্ষমণ মিত্র রাখল লান্নরে।
য়েক্লবদি মীওইবগী হিংলিমখৈ ফাওদনি
লোম্বদা খোংচৎ তাইবংগী য়েক্লবা পুম্বা লোইবনি।
তুরে রাবণ ইয়াম্বা মায়োক্লবা লানফমদা
লোইত্রে হৌজিক য়েক্লবা, রাখৈরসি মৈতান্না"।

গুক্লতুনা বিভীষণ মখুৎ অনি লোন্নরে
গুক্লতুনা লক্ষ্মণসু ইশুক গুক্কা য়েংলক্লে।
হংখি রাহং বিভীষণ রঘুকুলমণিবু

"করম ওইনি ময়াম্বা হিংচা-শাগৈ রাবণবু ?
রাঘব-তাথী লুচিংবা কস্তু-লমচৎ পুজারী
করম্নবু নয়াম্বা রাম্চন্দ্র-অততায়ী" ?

"হে মিত্র লঙ্কেশ্বর ! নংদি ঐগী মিত্রনি ;
মিত্র নংগী নয়াম্বা ইয়াম্বনি ঐহাক্কী ।
মায়োক্নবা লানফমগী স্বর্ণ গঙ্গা ময়ায়দা
লৈত্রে ঐগী ইয়াম্বা লান্দা মমায় গুন্দনা ।
কল্লি কল্লি মহাক্কো লঙ্কা রাবণ তেলহৈবা
লান্দা শিবা চংবদি লৈবা নত্রা লাইবক্তা ?

"থীল্লে মিত্র লঙ্কেশ্বর চন্দন-চিতা শেম্লসি
কপ্পা লেপখো হায়রুরো মন্দোদরী সতীসি ।
শোয়বা কৌবা নাইদনা কানি রাবণ স্বর্গনা
সংস্কার মাগী তৌরসি স্বর্গ থোঙ্জাউ হাংনবা ।
মুংশিবগা অশাউবগা মুংশিবনা গুম্বনি
মুংশিবনা গুম্বনা পাল্লিবনি জগৎসি" ।

তাইবং মঙ্গল বাণীনি রঘুকুলমণিগী
লঙ্কা লাপ্পাউ লোইবগী অমৃতগী বাণীনি ।
সনা লঙ্কা তুম্না মাঙ্ হিংচা-শাগৈ তাগা শি
লাপ্পাউদুগী মতুংগী লঙ্কা হিংন মঙ্গনি ।
ওকখি মন্দোদরীদো ওক্না য়েংখি দানবী
দয়াময় রাঘবপু মামসিক্লা খুরুমখি ।

দেবসভা পুমওগ্ঙগ্, ওগা ওগ্না হর্ষাউখি
শাখি জগোই অপ্সরা, য়ৈনা য়ৈনা তুন্দুভি ।

চুথহনখি নৈগী নোং, দাশরথি কোকথক্তা
পেনখিবনা লাইশিংনা রামগী বাণী তাবদা।
লাউনা কপখি বিভীষণ কৌরতুনা রাবণবু
তুখি অমুক ইঙাও ঙাও রামগী চরণ কোম্নবু।

---

## একমেব

নাপল ভৌখি স্বর্গদা নোংমগী মুমিত্তা ইন্দ্রনা
খুত্তা বজ্র পায়রগা হাইনা হুম্না চতুনা
শামু লমশা মতৌগুম চাউরবা বনগী মনুংদা।

"হিংহনবনি লাইয়াম্না জগৎ জীব পুম্নমগ্‌
উপাল নাপী তাইবংমী শা উচেক লোইনমগ্‌
দেব দেবী ঐখোইনা য়োকলিবনি পুম্নমগ্‌"

থাদরকখি ব্রহ্মান্না হরাই খুজোগ্‌ অমখগ্‌
হায়খি মানা "মঘবন্‌! হরাই মরু খুদিংমগ্‌
মতোন চোংহল্লু লাইয়াম্না, হৌহল্লু হরাই লোইনমগ্‌"

চুহনখি নোং ইন্দ্রনা, পীখি মুংশিং বায়ুনা
পীখি নৈহাও পৃথীনা পীখি মুংশা সূর্য্যনা
হোৎনখিএ লাইয়ামনা হরাই মতোন চোংনবা।

লোইনা হরাই কংশিনখি দেব সভা ইকাইখি;
হায়বি খোঙ্গেন্‌ অমনা "শক্তিশিংসি লাইশিংগী
মথা পোনবনি অমগী; অমা অঁতুনা মরুনি"।

---

# শব্দাবলী

## অ

অন্তর্ধান—মাঙঘিবা, লোৎপা। অন্তর্যামী—মীনা পুক্নিংদা নিংলিবত্থ খঙবা
অভিমত—মত।  অভিনয়—লীলাগী এক্তিং
অভিলাষ—পুক্নিংগী অপাম্বা।  অভিসারিকা—অভিসার চৎপী নুপী
অমর স্মৃতি—মতম চুপ্পা কাউদনা লৈরগদবা

## আ

আদেশ—আজ্ঞা।  আহ্নিক তৌবা—চন্দন থিনবা লাইখুবম্বা
আসি—ঙসি। সংস্কৃতকী অদ্যদগী প্রাকৃত্তা অজ্জ। মতুদগী আজি,
মতুদগী অমুক মণিপুরীগী আসি ওইরকপনি।

## উ

উক্তি—ষ্টেটমেণ্ট।  উপদেশ—এডভাইস

## ঐ

ঐবু সীজবা—থায়নগী মৈতৈ প্রজানা মৈতৈ নিংগোলদা শীজিন্নবা রাহৈ।

## ক

কনক লঙ্কা - সনা লঙ্কা  কন্দর্প কাম দেব
কবিত্ব শক্তি—কবিগী শক্তি। কবে হে কবি। কবিগী সম্বোধন।
কল্পনা ইমাজিনেসন।  কলিন্দ কন্যা—যমুনা।
কাম্বী—কালেনগী মতম।  কাঞ্চী বাসী—কাঞ্চীপুরদা লৈবা মী
কালিন্দী—যমুনা। কলিন্দ কোবা চীংদগী হৌরকপী।
কুঞ্জ, কুঞ্জবন—গ্রোভ।  কৃষ্ণাপক্ষ—থামম্বা থাখায়
কেতকী, কেতুকী - লৈ অসি সংস্কৃত্তা কেতকী মণিপুরীদা কেতুকী কৌই।
কোরৌনা মতাং তেল্লক্লে—মুমিং তারক্লদৌরে।

## খ

খগেন্দ্রজিৎ—খাগেম্বগী সংস্কৃত কোলোই। খাম্বরেন—খাম্বী
খাম্নী—লবুক। খুবোম য়াই-চীংমীশিংনা শীজিনরম্বা লৈতেং অমা

গ

গম্ভীর ওইনা—সোলম ওইনা। গজেন্দ্র - অচৌবা শামু। লুচিংবা শামু।

চ

চিত্র—পেন্টিং। চিত্রকার—পেন্টর

চিত্রপট—পোরট্রেট চীংথংখোম্বা—ভাগ্যচন্দ্রগী কোলোই অমা

ছ

ছত্র—ছাত্তিনগুম্বা পোং। মণিপুরীগী ছাত্তিন হায়বসি ছত্রদগী লাকপনি।

ছন্দ—িটব।

জ

জগংকী মহা নির্দেশক ঈশ্বর। জলকেলি—ঈশিংদা শান্নবা

জনক কন্যা—জনকী মচানুপী। সীতা। জাতি পুষ্প—অতাওবা লৈ মখল অমা

ত

তৎক্ষণ - তখন্। দক্ষিণ হায়বা সংস্কৃত রাহৈদগী থৈদ্বিবনি। শ্রীহট্টকী মখারোমদা লৈ হায়তুনা দক্ষিণ কৌবদগী তৎক্ষণ তাঘিবনি।

তমালবন বৃন্দাবন্দা লৈবা বন তরানিথোইগী মমুংদা অমা।

তর্জনী - খুদাম্বী। মফম অসিদদি ইশুেন্ম। তাই—করো অহোম পোংগী জাতি।

তোংদ লৈদা লুক্তনা লু লুক্তনা। তুবি—লাইয়েক্করা ব্রহ্ম

তেখাউ ব্রহ্মপুত্র তম্পাক। ত্রিভঙ্গ - মথেক অহুম থেকপা

দ

দশমী থাবল—পানথংলকপগী দশমী তিথিদা থোকপা থাবল।

দান্তে লাতিনগী মহাকবি অমা। দায়িত্ব-রিসপোন্সিবিলিটি

দাশরথি - দশরথকী মচানুপা। মফম অসিদদি রাম।

দীপান্বিতা—দিয়ালী, দীপাবলী। মণিপুরীশিংনা জীবানিতা কৌই।

দেবি—দেবীগী সম্বোধন্নি। দেবী হায়বদি লাইরেম্বী।

দ্বাদশ তিলক—দ্বাদশ হায়বদি তরানিথোই। তিলক হায়বদি চন্দন থিনবা। দ্বাদশ তিলক হায়বদি মফম তরানিথোইদা তৌবা

তিলক। গৌড়ীয় সম্প্রদায়গী বৈষ্ণব মুপান্না মক্কম তরা-
নিথোইদা তিলক তৌই।

ন

নটবর—কৃষ্ণবুনি। অর্থদি জগোইশাবা অথোইবা।

নিকুঞ্জ—কুঞ্জগী মনুংদা খরা হেন্না ফজবা কুঞ্জ।

নিদেশক - ডিরেক্টর          নিরূপণ—মূর্ত্তি ওইনা পুথোকপা

নীতি—পোলিসি।     নীলমণি - অশংবা মণি। মফম অসিদদি কৃষ্ণ।

প

পঙক্তি—পরেং     পাত্রমন্ত্রী—মন্ত্রীশিং।  পাত্রসু মন্ত্রী মখল অমনি।

পীতাম্বর নাপু মচুগী ফি। নাপু মচুগী ফি থোল্লি হায়রুনা শ্রীকৃষ্ণবু
পীতাম্বর কৌই।

পুণ্যভূমি - পুণ্য তান্নবা মফম ভারতবর্ষ।  প্রকৃতি—নেচর

প্রতিমা—ষ্টেচু                পসিদ্ধ—অফাওবা

প্রেম ময়ী—প্রেমতনা শারবী।    প্রেরণা—ইন্স্পিরেশন্

বাগদেবি - বাগ্দেবীগী সম্বোধন। বাগদেবী হায়বদি সরস্বতী

বাউলিনী—অঙাওবী। বাউল সম্প্রদায়গী নুপী হায়বনি চপচাবা অর্থদি।

ভ

ভট্টি - সংস্কৃতকী কবি অমা। ভাণ্ডীরবন—বৃন্দাবন্দা লৈবা বন অমা

ভরোসা—এস্পিরেশন্।   ভারতি—ভারতীগী সম্বোধন।

ভারতী—সরস্বতীগী কোলোই তরিনিথোইগী মনুংদা অহানবা কোলোই।

ভিক্ষারী -ভিক্ষা নিতুনা হিংবা মী।

ম

মঞ্চ—দেইস্। লীলা মঞ্চনা ষ্টেজনি।

মণিপুরেশ্বর - মণিপুরগী নিংথৌ।     মন্দাকিনী—স্বর্গদা চেনবী গঙ্গা

মন বুদ্ধি পুরাণ—ভাবনা শাখা রা।        মমোমলোন—মচানুপী

মরীচিকা - মিরাজ্।    মহানিদেশক—ডিরেক্টর জেনরেল।

মহারাস—শরদ ঋতুদা শান্নবা রাস। রাসশিংগী মনুংদা অথোইবা।

মাধুরী—সুইটনেস্। মালিকা—সংস্কৃতা মালিকা/মল্লিকা কৌই।

মুনীন্দ্র—অথোইবা মুনি। মুরলীনাদ—মুরলী মখোন
মুরুতি—মূর্ত্তি। মূর্খ—অপঙ্‌বা
মোগলু—তেখাউশিংনা মণিপুর/মণিপুরীবু কৌবা কোলোই।
মৌনব্রত—ৱা ঙাংদবা ব্রত

য

যাত্রী - তীর্থ চৎলিবা মী।
যোগমায়া—দেবীনি। ব্রজলীলাদা কৃষ্ণনা মহাক্কী মতেং পাংহনখি।

র

রাজশ্রী—নিংথৌদা লৈবা লক্ষ্মী। রাজর্ষি—রাজঋষি নিংথৌসু ওইবা ঋষিসু ওইবা
রাজ রাজেশ্বর—নিংথৌরেণ। রাজবেষ—নিংথৌগী বেষ

ল

লক্ষ্য— টার্গেট। লাঙ্গোই—শগোল। সংস্কৃতকী তুরঙ্গদগী পালিদা তুরঙ্গো। মতুদগী অরিবা মণিপুরীদা লাঙ্গোই ওইখি।

শ

শব্দাবলী গ্লোসরী। শিশির নিংথমথাগী অরোইবা শরুক
শ্রীরাগ—রাগপুরুষ ওরুক্কী মন্নুংদা অমা

স

সমারোহ—ফংসন্ সদ্‌ভাবনা—গুড উইল
সভাসদ,—কোসিয়র। সভানেত্রী—সভাপতিনা মুপাদা। হায়ঃ মুপীদনা সভানেত্রী
সারদে—সারদাগী সম্বোধন। সারদা হায়বদি সরস্বতী।
সোপোন মঙ্। স্বতঃ সিদ্ধ—এক্সিয়ম্।

হ

হেমন্ত—নিংথমথা। চাউরাক্লা পোইন্নু রাকচীং

# তর্জনী পত্র

**কবিতাশিংগী অহৌবা পঙ্‌ক্তিশিংগী য়াওজম লানায়**

